## ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ফুঙ্গাৱারীশিং অসি অঙাংশিংনা পাবদা ভাব তাবা ঙম্লবা লোন লায়হন্নবা অদুগা পেরা শাংবদগী পাবদা তম্বক্কনবা য়াম্বিবমখৈ হোৎনজে। অদুগা কান্নবা পাউতাকসু মখোয়না লায়না লৌশিনবা ঙম্বা মওংদা খন্দুনা ইজবনি।

লাইরিক অসিনা অঙাংশিংদা খজিক্কুং কান্নবা পীবা ঙম্বা থোক্লবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

অইবা—

# য়াওক্নম তাকপা

# ফজবী

হিদিঙ্গা ললোনবা অমগী মচাম্নুপী অহুম লৈ। অহল অহুগী মমিং চাওবী, য়াইমনা য়াইমবী, অহুগা অতোপ্পী অহুনা ফজবী কৌই। মখোয় অহুম্মক মশক ফজে, অহুবু মচে অনি অহুদি য়াম্না শাওগল্লি, কল্লক-খনবন য়াম্না চাওই। অহুগা মনাওনুপী অতোপ্পী অহুদি ঈংই, তপ্পি অহুগা মতম খুদিংমক্তা নোকমি নোকমি তৌহুনদা লৈ। অহুনা মাবু ময়াম্না নুংশি।

হিদিঙ্গা ললোনবা অহু মরন-মথুম য়াম্না লৈ। মমল য়াম্ল-য়াম্লবা ললোনপোৎ পুহুনা মাগী হিজাও কয়া লৈবাক কয়াদা কোইচৎ-চংলি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা হিদিঙ্গা ললোনবগী মফমদা পাউ লাক্লম্মী, নোং-নুংশিৎতা মাগী হিজাওশিংহু সমুদ্রদা লুপখ্রে। মহু তাবদা মহাক মকোক্তা মখুৎ হাপতুনা কমহুনা লৈখ্রে। ওষ্মোকপনি, পুম্নমক মাংলবা! পোৎ কয়া, শেল-থুম কয়া পুহুনা হিজাওশিং অহু হল্লকপনি। পুম্নমক মাংখ্রবা!

অসুম্না পুম্নমক মাংগ্রবনা হিদিঙ্গা ললোনবা অহু হৌজিক য়াম্না লাইররে, মাগী নিংথিজরবা মমুম-মকৈ মীগী শেম্দোলগীদমক য়োম্থোকখিহুনা মহাক মুম মচা অমদা লৈহুনা য়াম্না লাইরবা মীগী কাংলুপ্তা চনগ্রে।

উ-রানা শাবা মুম মচাহু উবদা মচানুপী অহলগা য়াইমগা শাওবগী ঙমখৈ লৈখিগ্রে। মখোয়দি অকে-অমৌদা তাওবীনি, অহুনা লাইরবা ওইনা লৈবা হৈনগ্রে। অহুব্ মচানুপী অতোম্বীদি মাইথোংদা অরাবগী মমি তাবা উদে, নোকমি নোকমি তৌহুনদা লৈ। মহাক্না নুমিৎ চুপ্পা ইমুংগী থবক নোম্মী, চাক থোংই, রাইশিৎ-রাইশেংই, মপাবুংগী মপুক্লিং মুংঙাইনবা হোংনৈ, অহুগা অহিং থেংনা মাপী পোমক্রি-হাওক্রিগী কমুংদা মুংঙাইনা তুম্মী। মোংঙানকাৎক্রিঙৈদা হৌগৎলগা ইমুংগী থবক-ইথাং মোম্মী। অহুবু মচে অনিনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তেংথাংবিদে। মীনাই থম্বা ঙমদে, কজবা কিজেৎ থোমবা ঙমদে, অহাওবা চিঙ্গাক পীজবা ঙমদে হায়হুনা মখোয়না মপাবুংবু রারৌই।

মচানুপী অহুম অহুগী মমুংদা হিদিঙ্গা ললোনবনা মচাণুপী অতোম্বীবুনা খাইদগী হেন্না চান্নি। মরম অহুনা মচে অনিনা কজবীবু য়েংথি।

থা কয়া হৌরবা তুংদা মোংমা পাউ লাক্লে, হিদিঙ্গা ললোনবগী হি অমা কংলে। হিজাওহু নোং-মুংশিংকী খুদোং-থীবদগী করিগুম্বা মওং অমদা লাম্থোকহৌবনি। অহুবু হিজাও

অহু য়াম্না লাপ্পা লৈবাক অমগী হিথাংকমদা লৈরি, মহু য়াম্না শাথীনা তেক কায়রবনা মতিক চানা শেমজিন্দ্রবদি সমুদ্রদা হোনবা য়াররোই। অদুনা মহু পুরক্নবা হোৎনবদা চহি অমরোম চংগনি।

হিদিঙ্গা ললোনবনা মচানুপী অহুম কৌশিল্লগা হায়রকই, "ঐ য়াম্না লাপ্পা হি লৌবা চৎলগনি, চহি অমগী মতুংদা হল্লকনি। হায়য়ুদনা ইবেম্মা, নখোয়গী করি করি পুরকউগে?"

মপাবুং চৎলগনি তাবদা মচানুপী অতোম্বী কপ্লক্রে।

মচানুপী অহৈনা হায়রকই, "ঐগীদি পাবুং, মুক্তা-পরেং অমা পুবিরকউ।"

মচানুপী য়াইমনা হায়রকই, "পাবুং, ঐগীদি য়াম্না ফজবা ফমেক অমা লৈবিরকউ।"

মচানুপী অতোম্বী কপতুনা লৈবা উবদা হিদিঙ্গা ললোনবনা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা ফজবী, নচেশিংগীদি অপাম-অপাম্বা হায়নরে। অদুগা মতমদি কপতুনা লৈরবদি কৈদৌরে? নঙগীসু অপাম্বা হায়রোদনা -"

মতমদুদা মচানুপী অতোম্বীনা কপ্পা লেপতুনা হায়রকই, "পাবুংমা নচাগী অপাম্বা হায়য়ু হায়রনা তাকপিরবনিনা গুলাপ অঙৌবা অমত্তা পুবিরকউ।"

হিদিঙ্গা ললোনবা চৎখিবা চহি কারক্লে। মহাক্না মরৈবাক্তা হল্লকপগী লম্বীদা গুলাপ অঙৌবা থিরকই। অদুবু কদায়দসু থিবা ফংদ্রে। মহাক্না লম অদুগী মীদা হংবদা মখোয়না হায়রকই, "অঙৌবা গুলাপ্পি কৈদৌঙৈদসু উখিদ্রি :"

নোংমা হিদিঙ্গা ললোনবহু শহর অমদগী শহর অমদা শগোল তোংহুনা লাকই। মহাক্না উমং অচৌবা অমা ফাওহুনা লাক্পদা লম্বী লম্মাংনরম্মী। মহাক রাবনা য়াম্না চোকথরে, তুম্নিংবনস্থু থাংবা ওন্নক্লে। অহুবু মাগী পুক্নিংদি রাখলগী পোত্থাবা লৈতে। মচানুপী ফজবীনা লৈ অমত্তং তপ্পকপদা থিবা ফংদবগী নুংঙাইতবনা মহাক লৈত্তাকম খওক্রবনি।

অহুবু মহাক্না জঙ্গলদা অস্তুম লাকপদা খওহৌদনা উরক্লে, অহুক শুক্লবা মফম অহুদা য়াম্না চাওবা বিল্ডিং অমা লৈরম্লে! মহু উবদা মহাক্না ওক্লুনা খল্লকই, অস্থুক নিংথিজবা অচৌবা য়ুম অসি মফমসিদা কমদৌনা লৈরম্লিবনো!

অসি খন্দুনা মহাক্না চংশিন্দুনা থোঙদা খিত্তং থিল্লুবমক্তদা থোঙ হাংদোরক্লে। য়ুম অহুদা মী পোং কনাস্থু লৈবা উদে, কনানা থোঙ হাংদোরক্লিবনো। হায়বা খওবা ওন্নমদে। মতম অহুদা মহাক্না উরকই, খুৎ মকক অনিথক্লা মখুৎ লোম্নহুনা খুরুম্নগা মহাকপু কৌশিল্লকপগুম তৌরকই। মহাক্না হায়রকই, "শগোলসি কদায়দা থমগদগে?"

মতম অহুমক্তদা কদোমদগীনো খুৎ মকক অনিথক চংশিল্লক্লগা শগোলহু হোইহুনা শগোলশঙ তম্না চংগ্রে।

মতম অহুদা হিদিঙ্গা ললোনবনা খল্লকই, অহুদি মসি ভূতকী য়ুম ওইরম্বা তারে।

মসি খল্লুবদা মহাক য়াম্না কীরক্লে, অহুবু মহাক য়াম্না চোকথবনা য়ুমসিদা য়াইরেকপা নত্তনা অতোপ্পা উপায় উক্রহুনা

ইমুংদা চংশিল্লকই। ইমুংদা চংবমক্তদা থুৎ মকক জোড়া অমনা নহাকপু কালদা কম্ননবা ইঙ্গিত পীরম্বে। মকম অহুদা অহাও-অথুম পুখম অমা পৈন্থনা লৈরম্লে। মহু উবমক্তদা মহাক্না তাপ লৌহুনা চাবা হ্মেরকই। মতম অমদা মাইকৈ মরিদগী থুৎ মকক জোড়া কয়ামরুম লাক্তুনা মঙোন্দা সেবা তৌরম্বে, কনানা ঈশিং লানশিল্লকই, কনানা হৈ-মহি লানশিল্লকই। চাব-থকপা লোইরগা মখোয়না মহাকপু তুম্কম কাদা পুশিল্লক্লে। নিংথিনা লৈতেংলবা কাগী থোৎলবা কমুংদা মাবু মখোয়না হিপহল্লম্বে। মহাক কমুং অহুদা হিপতুনা অহিং অহু লেল্লম্মী।

অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা হিদিঙ্গা ললোনবনা শগোলশঙদগী শগোল লৌরুরগা থোরকই। য়ুম অহুগী মাইকৈ মরিদা নিংথিজরবা লৈকোল লৈ! গুলাপ পাম্বীদা য়ান্না চাওর-চাওরবা গুলাপ অঙৌবা ময়াম অমা শাৎলম্লে, মহুগী নুংশিবা মনম্না মহাকপু শুমহৎখ্রে। লৈহু উবদা মহাক্না থল্লকই, মসিদি ঐগী ইচানুপী অতোম্বী কজবীনা পামজবা লৈরাং অহুনি। মকম অসিগী থুৎ মতৎশিং অসিনা ঐবু য়ান্না লুনা তৌই, মসিদবু ঐনা লৈ অমা হেকপদা শাওরকপ্রনে? কৈদৌঙৈদম্মু শাওরক্লোই।

অসি খল্লুনা মহাক্না খাইদগী নিংথিবা গুলাপ অমা থল্লগা হেক্লে।

অহুবু লৈ অহু হেকপগা লোয়ননা মালেম থক থক নিক্না অকী-তুজুংলবা মখোল অমা তারকই। মখোল অহু তাবদা

মহাক্কী মখুত্তগী লৈ অছু নাম্বহুনা তাগ্রে ! মহাক্কা মশা থক থক নিক্কা লৈহুনা য়েংলকই, য়াম্না চাও-শাংলবা নোংশা অমা কদায়দগীনো লাক্কুনা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংহুনা মমাংদা লেপতুনা লৈরম্লে। নোংশা অহুনা তাইবং মীগী মরোলদা হায়রকই, "ঐগী লৈ হেক্লিবা করিগীনো ? ঐনা নঙবু হৌজিকমক শারাক তম্নগনি।"

হিদিঙ্গা ললোনবনা মখুৎ লোম্নহুনা হায়রকই, "ঐ লানগ্রে, ঙাকপিয়ু। ঐদি মসি নহাক্কী লৈকোম্নি হায়বা খঙজদে। ঐগী ইচানুপা অতোম্বীনা গুলাপ অঙোবা অমত্তা পুবিরকউ হায়রকই, নহাক্কী লৈকোন্দা লৈ অসি শাংলম্বা উবদা অমখক হেকলুবনি।"

নোংশানা হায়রকই, "করে, ঐ নঙবু চাবিররোই, নঙনা থবক অমা তৌগদবনি। নম্মুম হেক য়ৌবদা ইহান হাম্না থেংনবা মহাক অছু থা অমগী মম্নুংদা পুরক্কুনা ঐঙোন্দা পীরগদবনি।"

হিদিঙ্গা ললোনবনা খল্লকই, য়ুমদা চংবদা ইহান হাম্না অতৈ কনা অমুক থেংনগনি, ঐগী হুইদু থোঙজিন ময়াদা কুন্দুনা লৈরম্বা থেংনগদবা মরেরে। অস্তুম্না খল্লক্কুনা মহাক্কা হায়রকই, "রাশক্কুনা হায়রিবসিনি, মহুমক তৌজগনি। য়ুমদা চংবদা ইহান হাম্না থেংনবা মহাক অছু থা অমগী মম্নুংদা পুরক্কুনা নঙোন্দা পীরগনি।"

নোংশানা হায়রকই, "লৈহু নচানুপীদা পীরুরো। থা অম: ফাবা নুমিত্তা লৈ অহু পায়হুনা ঐগী য়ুমদা হেক লাক্লিংবমক্তদা ঐগী য়ুমদা থুংলগনি।"

হিদিঙ্গা ললোনবহু নোংশাগী মফমদগী বিদায় লৌরগা লাক্লে। মহাক্না লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই, করিগীনো ঐনা রাশকলুরিবা। করিগুম্বা থোঙজিন্দা হুইহু লৈরমদহুনা য়ুমদা চংবমক্তদা ঐগী মুংশিজরবী ইচানুপী অতোম্বীহু উবা থোক্লবদি ?

খল্লকপা অহুমক থোক্লরে। ময়ুম য়োঁহুনা হিদিঙ্গা ললোনবনা থোঙ হাংদোকপমক্তদা ফজবীনা "পাবুং, পাবুং" হায়হুনা চেনশিল্লক্লে।

ওম্হোকপনি, করিনুংগী রাশকলুরবা। মহুগী শরুকপুদি ঐবু চাখিরম্বনা হেন্না কৈ। হৌজিক ফজবীবু নোংশাগী মনাক্তা পুহুনা চৎপা তারিব্রা ? হিদিঙ্গা ললোনবগী মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে। মহু উবদা নুংশা থিহুনা ফজবীনা হংলকই, "পাবুং, কপ্লিবা করিগীনো ? হকচাং ঙম্বিদব্রা ?"

হিদিঙ্গা ললোনবনা রা পুম্নমক ফজবীদা তম্লকই। পুম্নমক তারগা ফজবীনা হায়রকই, "পাবুংনা রাশকপিরুরবনিনা মহু ঙাকফম থোকই। ঐবু মফম অহুদা থিনবিয়ু।"

উনা উনা থা ফাজিল্লক্লে। মচানুপীবু নোংশাগী মনাক্তা থিন্দোকলুবা হিদিঙ্গা ললোনবনা শুপ্পাম পাম্নমদে। মহুদা মচানুপী ফজবীনা মপাবুংদা তরুহুনা হায়রকই, "নত্তে পাবুং, হায়দোকগ্রবা রা কৈদৌঙৈদসু হোংফদে। নচানুপী ঐহাকপু

নুংশিবিবগীদমক পাবুংগী রাশকু কায়হনবিগনু। ঐবু হৌজিকমক নোংশাগী মনাক্তা পুবিরো।"

মপাবুংনা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "নত্তে, মহু য়াদে। চৎলুবগী কায়বা লৈতে। চৎলুদ্রগা জঙ্গলদা লৈবা মানা কখিবু তৌরবা ঙমগদগে?"

অহুবু ফজবীনা মপাবুংগী রাহু য়ানিংদে। অহুনা মহাক্তা ফৈদক তক্লুনা হায়রকই, "অহুদি পাবুংনা রাশকনুংশিবদি করিগীনো, হায়দোকপ্রবা রা ঙাক্লনবগীদমক হৌজিক ঐবু মাগী মনাক তান্না পুবিগদবনি।"

অতোপ্পা উপায় লৈত্রদুনা হিদিঙ্গা ললোনবা চৎননবা শেম-শারকই।

গুলাপ অহু হৌজিক ফাওবা তগৎ তগৎ তেক্লি। মহু পায়রগা মহাক্তা হায়রকই, "ঐগা ফজবীগা নোংশাগী য়ুমদা চৎনিংই।"

মসি হায়রগা মখোয় অনি নোংশাগী য়ুমগী থোঙজিন্দা থুংলরে। ইমুংদা চংলকপদা মখোয়না কনাম্মু উবা কংদ্রে, শুপ্পদগী খুং মকক অনি লাক্লুনা মখোয়দা মখুং লোয়্নদুনা থুক্লম্লরে।

মখোয় অনিনা চাননবা অচা-অথক কয়া হান্ননা শিন্দুনা থনম্লে। চারিঙৈদা খুং মকক কয়া লাক্লুনা মখোয়গী সেবা তৌররে। মখোয়না চাব-থকপা লোইরবদা কনাননো থোঙদা থিল্লকপগী মখোল তাররে। মহু তাবদা হিদিঙ্গা ললোনবনা হায়বকই, "মঙ্গুংদা চংলকউ।"

মিংকুপকী মনুংদা নোংশা অদু ইমুংদা চংলক্লে। নোংশা উবদা ফজবী কৌবনা তশেংনা মশা তুম্পাক তাশিনখ্রে।

হিদিঙ্গা ললোনবনা মখুৎ লোয়নদুনা থুরুম্লগা হায়রকই, "মুপীমচা অসি ঐগী ইচানুপী ফজবীনি। ঐনা য়ুমদা হেক থুংলুবমক্তদা মহাকপুনা খ্বাইদগী হান্না উরুই, অদুনা মাবু নহাকী মাক্তা পুরক্লিবনি।"

নোংশানা হায়রকই, "নহাক লাকনি হায়বা থাজরমদবনি। লাকপা উবদা য়াম্না নুংঙাইরে। অদুবু নহাক্তি হুন্নং নোংঙানবগা নয়ুমদা হনখিগদবনি। অদুগা নহাকী নচানুপীদি ঐগী মাক্তা থনম্লগদবনি। নহাক্না মাগীদমক করিমত্তা ৱাক্লনু। মহাকপু মকম অসিদা য়াম্না লুনা-চান্না থমগনি।"

থংনবা নুমিংকী অয়ুক্তা হিদিঙ্গা ললোনবা মরৈবাক্তা হনখ্রে। ফজবী ভূতকী অচৌবা য়ুম অদুদা মতোমদা লৈহৌরে। অদুবু মঙোন্দা খুদোংচাদবা করিমত্তা থোক্তে। খুৎ মককশিংদুনা মতম খুদিংমক্তা মহাকপু শেন্নদুনা লৈ, মহাকী নুংঙাইনবা সেবাদা মখোয়না থৌশাদবা করিমত্তা তৌদে। ঈরুজবা মতমদা ঈরুজফম কাদা ফজবীনা চংলকপদা উই, তরু তরুবা ঈশিং মকম অদুদা হান্ননা থৌরাং তৌদুনা থম্মী। থাও মনম নুংশিবা মখল কয়া, ফজ-ফজবা কনেক-ইমফি কয়া তরু ওরু থম্লি। চাক চাবা মতমদা চানিংবমখৈ ফংই। মহাক্না চাক চাবা হেক ফমথবমক্তদা মুংশিরবা মুরদা যন্ন খোংলকই। য়ুম অদুগী ফজবা পুন্নমক ওক্লিংঙাইগী ওক্লিংঙাই ঙাক্তনি। কা

অমদা মখল-মথেলগী শান্নপোৎ থম্লি, অতোপ্পা কা অমদনা ফব-ফববা লাইবিক পৈথি। অদুগা কা অমদনা মখল মখলগী ফজববা উচেকশিং পোলদা তোংদুনা নুংশিবব, ইশৈ শক্লি, নুমিৎ চুপ্পা কোইচৎ চৎতুনা ফজবীনা য়েংলকই। অদুক চাওবা যুম অদুদা মতোমদা লৈবনদবা থোক্লবদি মহাক য়াম্না নুংঙাইবমগদবনি।

সন্ধ্যা মতমদা নোংশাবু মহাক্কী মনাক্তা লাকই। মহাক্না ফজবীদা হায়রকই, "ঐগা ফমিন্নদুনা রারী খরা শাসি হায়ববু য়ানিংদ্রা?"

কনিংঙম্বা য়ানিংদবা ফোংদোকলুবদি নোংশানা মাবু চাখিবা য়াই হায়না ফজবীনা খল্লকই। অদুনা মহাক্না হায়রকই, "হোয়।"

মতম অদুদা নোংশানা য়াম্না হবাওনা মঙোন্দা রারী শাবকই। নোংশানা ফজবীদা মথৌনা হাপতুনা হায়রকই, "নহাক মফমসিদা লৈলদবা নমিমত্তা কীগনু। যুম অসি নহাক্কীনি, নহাক্কী অপাম্বা পূমক ফংগনি।"

নোংশানা মঙান্দা খোঞ্জেল য়াম্না নুংশিনা রারা ঙাংই, অদুবু ফজবীনা মহাক্কী মশক হেক উকবদা হেক্তা মপ্পু চুই। ঙাইহাক রারী শারম্লগা নোংশা চৎখ্রে, ফজবীসু তুম্বা চৎখ্রে।

নুমিৎ খনিংগী লাক্কুনা হায়রৈ, "রারী শাসিদনা?" অদুগা যঙবী। "হোয়" হায়না খুম্মী। ফজবীনা নোংশাবু কীরবদু অসুম অসুম কোল্লক্লে। মহাক্না নোক্কুনা নোংশাদা

ৱাৰী শাবদা কৱিমত্তা চিংনম্নক্লে। মাগা লৈমিন্নৱিবন্থু শাহিং চাবা নোংশানি হায়বা কাওবা ফজবীনা কাওরম্লে।

নোংমা ফজবীগা ঙাইহাক ৱারী শানৱবা মতুংদা নোংশানা হায়বকই, "ফজবী, নহাক ঐগা লুহোংলসিদনা ?"

এ। অসি তাবদা ফজবীগী মথমদা কোকথক্তো মগ্র তাবকপগুমখ্রে। মহাক্না মপী ঈবা চেন্না মখুৎ লোম্নহুনা হায়জনকই, "নোংশা অথোবা, ৱাকম অসি তাকপিগন্নু, ঐবু ঙাকপিন্নু। শাগা মীগা লৌন-লৈনবা হৌনদে।"

অসি তাবদা নোংশা শকফম হন্দ্হুনা মরু লুকথপ্লে। ঙাইহাক লৈবগা মহাক্না তপ্না তপ্না হায়বকই, "ফবে, ৱাকম অসি ঐ নঙোন্দা অমক হন্না পল্লবোই। চৌজিক্তি কপ্পন্নু, নহাৱা কপ্লবদি ঐ থম্মোয় পুবা ঙমদে। অদুগা নহাক্না যানিংদবা থবক ঐনা কেদৌডৈদন্নু নম-হাহুনা তৌবোই।"

মসিগী মতুংদা নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। নোংমা অহিংদা তুম্বদা যজবীনা উংলগী, মপাবুং শাহুনা ফমুংদা হিপতুনা লৈ, অদুবু মহাকপু সেবা তৌবিনবা মনাক্তা কনাম্নু লৈবমদে। অদুগা মাগী মচে অনি অদুদি অতোপ্পা কা অমদা মকে শেমহুনা লৈ। মখোয়না মপাবুংবু থৌওইদবা মওংহুদা মহাক মপুন্নিং নুংঙাইরমদে।

মথংগী অমুক য়াহৌরকপদা ফজবী মপুক্লিং লৈতাকম খঙলকখিদে। চাব-থকপনচিংবা কৱিগুম্বা অমত্তদন্নু মহাক্না হৈনিংবা পোকখিদে।

নুমিৎ অত্তুগী সন্ধ্যাদা মহৌশাগুম নোংশা লাকপা উবদা মহাক্না মনাক্তা চেনশিল্লগা হায়রকই, "ঐ য়ুমদা চৎলুদবা য়াম্না কুইরে। পাবুংগা অমুক্তা উনরুগে। ঙরাং অহিং ঐগী মচদা মহাক য়াম্না কন্না নাবগুম উখি।"

নোংশানা য়াবিরদুনা হায়রকই, "করে চৎলুরো, অদুবু নুমিৎ তরেৎনি শুবদা শোয়দনা হল্লক্কদবনি।"

ফজবীনা হংলকই, "অসুক লাপ্পা অসিদবু কমদৌনা ইতোমদা চৎকদগে ?"

নোংশানা মঙোন্দা গুলাপ অঙৌবা অমা পীরগা হায়রকই, "লৈ অসি নখুত্তা পায়দুনা নহাক্না চৎনিং চৎনিংবা মফমদা চৎপা ঙমগনি। অদুবু নুমিৎ নিপান্নি শুবা মুমিত্তা লৈ অসি পুদুনা মফম অসিদা নহাক্না লাক্লিংবা হেক পাম্নকপদা লৈ অসিনা নহাকপু মফমসিদা পুরক্কনি।"

থংনবা নুমিৎকী অমুক্তা ফজবী গুলাপ পায়রগা মমুমদা চৎনিংই হায়না হেক নিংলকপমক্তদা মখোয়গী মমুমগী থোংজিন্দা থুংলরে। মহাক্না মমুমদা চংলকপমক্তদা খঙলে, মপাবুং হিদিঙ্গা ললোনবা নাদুনা লৈরম্লে। অদুবু অকে-অমৌদা তাওদুমদা লৈরবী মচে অনি অদুনা তশেংনমক মপাবুংবু থৌশাবিরমল্লে।

ফজবীনা মপাবুংবু কুপশেন শেন্নদুনা সেবা তৌবদগী নুমিৎ খরনিদংগী মমুংদা মপাবুং কনখৎলক্লে। হিদিঙ্গা ললোনবনা অসুক থুনা কনখৎলকপগী মরমদি, মপুক্লিং মকা লাম্নকপননি। তশেংবনি, পুক্লিং হায়বসি অঙকপনি, পুক্লিংনবু

ফুংগাইত্রবদি পাঙ্গল শোম্ন্থকই, লৈনা চেল্লকই অদুগা পুক্নিংনবু ফুংগাইরবদি লৈনা কোক্লকই, পাঙ্গল কল্লকই।

কঞ্জবীনা মপাবুংগী মনাক্তা লৈবদা ফুংগাইবনা মহাক নুমিৎ তরেৎনিগী ওইনা লাকপনি, অমুক হন্না নোংশাগী মনাক্তা হুনগদবনি হায়বা কাওথোকল্লে। নুমিৎ কয়ানিয়োমগী মতুংদা নোংমা মহাক্না রাকম অদু খওনিং নিংশিংলক্লে। মতম অদুদা মহাক য়াম্না নীংগম্লক্লে, অদুগা ঈকাইবস্থ পোক্লক্লে। মহাক্না লৈহু লৌরুনবা চংবদা থম্মস্বা মকম অদুদা লৈরমল্লে। মহাক্না অস্নুম কোইথি থিরকপদা মচেশিংগী কাদা লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্বা থেংনরুরে, অদুবু লৈহু কংশিল্লম্লে। কঞ্জবীনা লৈ অদু লৈমায়দগী খুনগৎপগা হান্নগুম তগৎ তগৎ তেক্লক্লে।

মতম অদুদা মচেশিং অমদি মপাবুংগী মকমদগী বিদায় লৌরগা মহাক নোংশাগী য়ুমদা হল্লক্লে। অদুবু মকম অদু য়েৌবদা উরে, মসি করিনো! য়ুমগী মাইকৈ মরিদা লৈরিবা নিংথিজবা লৈকোন অদু তশেংনা জঙ্গল শারম্লে। ইমুংদা চংদুনা য়েংবদা উরে, মকম অদুদা লৈরম্বা পোৎ-চৈ পুম্নমক ইচায় চায়খায়দুনা লৈরম্লে, কনানস্থ হন্না য়েংশিনবিত্রবগুম্মী। খুৎ মককশিংদু হান্নগুম থবক তৌরি, অদুবু মখোয় মহৌশাগুম হৈহ্নিংবা পোক্লবগুম্মী। নুমিৎ অদুদা চাক চারিঙৈদা য়ন্ত্র খোংলক্লে। সন্ধ্যা মতমদা কঞ্জবীনা খল্লকই, হৌজিক নোংশা লাক্লগনি। মহাক্না য়াম্না শাওরবা য়াই। মঙোন্দা হায়জগনি, ঐ অমুক হন্না অশিগুম্বা থবক তৌরয়োই।

অহুবু কদায়, নোংশাদি লাক্লে।

অহিং চুপ্পা মাগী রাখলদা ফজবী তুম্বা য়াম্রে, অসুম্নদা খল্লকই, অহুদি নোংশা কাহেম্না শাওরম্না? মহাক্না ঐবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌবি, ঐনা মাগী রা ইল্লুম্রিবা করিগীনো!

নোং মুং ঙানবগা ফজবীনা য়াহৌহুনা ইমুং 'পুম্বা নোংশাবু থিরকই, কদায়দসু মহাক লৈরমম্রে। অহুগী মতুংদা লৈকোন্দা থিরকই, বাগানহু জঙ্গল ওনম্লে। মফম অহুদসু মাবু কোইথি থিবদা ফংদ্রে। মমৈথংদা উ অমগী উখাদা মহাক অশিবগী পাংখক ওইনা তাহুনা লৈরম্লে। মহাক্না মনাক্তা চংশিল্লগা কপতুনা হায়রকই, "নোংশা পাঙ্গলবা, হৌগৎলো। নহাকপু হকচাং ঙমদ্রব্রা? মতুং-মনাওদি ঐ অসুম্না খক তৌররোই।"

মতম অহুদা নোংশানা ফলপ ফলপ য়েংহুনা হায়রকই, "হায়মু ঐগা লুহোংগদ্রা?"

ফজবীনা হায়রকই, "মহুদা করিগুম্বা নহাকপু নাবা ফগৎলক্কদবা লৈরবদি ঐ নহাকা শোয়দনা লুহোংগনি।"

কয়াদা ঙকপ্রবা! ফজবীনা লুহোংগনি হায়খমক্তদা মাইকৈ মরিদা যন্ত্র কয়া খোংগৎলক্লে, জঙ্গল অহু খাই মাংখ্রে. লৈকোলদা লৈরাং লৈশাৎ তম্লক্লে অহুগা উচেকশিং মপুক্লিং মকালান্না সুংশিবা সুরদা ইশৈ শক্লক্লে। অহুগা নোংশাদি? ফজবীনা উরক্লে, নোংশা অহু লৈত্রে, মহাক লৈরম্বা মফম অহুদা মশক-মতৌ চংখোল্লবা রাজকুমার অমা লেপতুনা লৈরম্লে।

রাজকুমার অদুনা হন্দয়রকই, "য়ুম, লৈকোল লৈরিবা পূন্নমক অসি ঐগীনি। নোংমা ঐনা শাদানবদা নোংশা অমা হাৎলুই। নোংশা অদু মুনি অমনা মাগী আশ্রমদা য়োকচবা নোংশা ওইরম্মী। নোংশাদু হাৎলুবা অদুদা মুনি অদুনা শাওদুনা ঐবু নোংশা ওলহল্লম্বনি, অদুগা মানা হায়রম্মী, কম্বিগুম্বা কনাগুম্বী রাশি-গুণ চংথোম্না শক ফজবী নিঙোলনা ঐগা লুহোংসি হায়বদা য়াররুবদি ঐ অমুক হন্না তাইবং মী ওইরক্কনি। অদুগা ঐগী লোয়নবশিং পূন্নমক মখুৎ মকক ওইনা লৈরিবা অসিস্থ মহৌশাগুম তাইবং মীরক্কা তীল্লবা য়াগনি।"

সোমদা য়ুমগী মীনাই-মীশন পূন্নমক মখুৎ মতৎতগী হেন্না অতৈ হকচাং কয়াৎ লৈরমদবশিং অদু ওন্না তাইবং মী ওল্লক্লে। নোংশাগী য়ুম মীনা চোনখ্রে।

মতম অদুদা রাজকুমারনা ফজবীগা লুহোংলগা হিদিঙ্গা লল্লোনবগী য়ুমদা লাক্লে। মচান্নুপী ফজবীগী মফমদগী রাকম পূন্নমক তাবদা হিদিঙ্গা ললোনবা হরাওবগী ওমথৈ লৈখিদে।

# লনগী নিংথৌ

থুঙ্গং অন্দা হনুবী অমা লৈরম্মী। মাগী তোম্বীসনা কৌবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। অদুবু মহাক্কা মমাগী র্রা অমত্তা মনাদা হাপ্লমদে। মহাক ফজবা ফি-ল্লোল শেৎ-ইনবা অদুগা অহাও-অথুম চাবা কাহেম্না পাম্লম্মী। অদুগা মহাক হায়ব-চৎপা ইন্দবী লমহেনঘী হায়বদু ওইরম্মী।

তোম্বীসনা চাওরক্লুনা মপূং-মরৈ ফারবী লৈশাবী অমা ওইরক্লে। অদুনা শেৎপা চাবদা মহাক্কী অকে-অমৌ পাম্বস্থু য়াম্না হেনগৎলকই। অদুবু মমা লুপ্রাকীদি য়াম্না লাইরৈ, অদুনা অমত্তা পোকচবী মচানুপী অদুগী মনীং থুংহনবা ঙম্লমদে। মতম খুদিংমক্তা মুংশুক-মুংজাননা লৈ। মরম অদুনা হনুবীগী থম্মোয়দা য়াম্না মুংঙাইজরমদে।

নোংমা মহাক্না মচানুপীগী কাহেমবা লীচৎকী র্রা থজ্জুনা কপ্লকই, মতম অদুদা চাংদম্লিংঙাই লৈতনা ফজবী নুপী অমা লাক্লগা মঙোন্দা হংলকই, "ইমা, নহাক্না অদুক হাক্না থম্মোয় শোক্না কপ্লিবা করিগীনো?"

নুপী অদু মমল য়াম্লবা ফিজেৎ শেৎলি, মশা পূম্বা সনানা পূময়োম য়োম্মী হায়বা য়াই। হনুবীনা মাবু উবমক্তবা থঙবা

ভম্নে, মহাক শোয়দনা লাইরেম্বী ওইরমগনি। অম্ভুম্না খন্দুনা হনুবীনা হায়রকই, "ঐগী ইচান্নুপী তোম্বীসনানা মশাগী ফিভম য়েংদনা অচাওরম কাবী, মম্নানা হায়বা ইন্দবী লমহেনবী হায়বদু চপ চানা ওইরে। লাইরবী লুপ্তাবী ঐনা মাবু মনীং থুংহনবা ভম্লোই খঙনা খঙনা ঐঙোন্দা তত্তনা নৈ। অকে-অমোদা তাওবী, শেল পাম্বী, অহল-লমনগী রা তাদবী হায়বদু ওইরে। মাগী লীচৎ-শাজৎ অসি হোংলক্লুমা কৈদৌঙৈ মপুক্লিংদা অকবা রাখল পোক্লকদগে হায়বা খল্লুবদা কল্লিবনি।"

অসি তাবদা লাইরেম্বী অদুনা হায়রকই, "ঐনা মহাকপু অকবী মুপীমচা অমা ওইহনবা ঙমব্রা য়েংগে।"

অসি হায়রম্নগা লাইরেম্বী অদু চংখ্রে।

অদুগী মতুংদা নোংমা অহিংদা তোম্বীসনা তুমম্মী, মাগী নাকন্দা হিম্লিবী মমা হনুবী তুম্বা য়ারমদে। মতম অতুদা মচান্নুপীনা মমঙদা থিক থিক নোক্লকই।

নোংঙাল্লগা মমা হনুবীনা মচানুপীদা হংলকই, "ইবেম্মা, ঙরাং অহিং তুম্লিঙৈদা নোক্লক্লিবা করিগীনো?"

তোম্বীসনানা হায়রকই, "ইমা, অহিংদা ঐ য়াম্না নুংঙাইবা মঙ অমা মঙই। অঙাংবা মচুগী কোরিগী গাড়ীদা তোংদুনা নুপা অমা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকপগুম তৌরম্মী; অদুগা মহাক্না ঐঙোন্দা খুদোপ অমা পীরম্বগুম তৌই। খুদোপ অদুগী কজবদু করি হায়না শিংথাগদগে খঙদে ইমা। মদুদা থিল্লিবা মুংদু ইমং লংই। খুদোপ অদু ঐনা শিবদা ময়াম্না ঐবু য়াম্না ফজৈ

হায়না থাগৎনৈ, অদুগা অমুক শজম্বা পম্না খুঙ্গংগাদা লৈতে হায়নৈ।"

হনুবীনা হায়রকই, "তুম্মিন্না লৈয়ু, মহুগুম্বা ৱা ঙাংবা হৌনদে। নঙগুম্বী মশক ফজবী লৈশাবী কয়া লৈ।"

ৱা অসি তোম্বীসনানা মনাদা হাপ্তে। মহাক খুদোপ অহুগী ৱাখল খন্না খন্না মফম অহুদগী চৎপ্রে।

মসিগী মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা লৌমী-মচা অমনা তোম্বীসনাবু লুহোংবা পাম্মী হায়রে। লৌমী ওইরবস্থ মহাক মরন-মথুম নিংথিনা লৈবা মীনি। অদুবু তোম্বীসনানা মনাতোন শুগৎতুনা হায়রকই, "এঃ! লৌমীদবু ঐ লুহোংবা! মহাক্না করিগুম্বা অঙাংবা মচুগী গাড়ী তোংদুনা লাক্লগা ঐঙোন্দা ফজবা খুদোপ পীব্রবা ওব্রবা, মহু ওইরবা ফাওবা ঐ মাগা লুহোংবা ওগ্নোই।"

মমা হনুবীনা করি অমুক হায়রুগনি! মহাক তুম্মিন্না লৈপ্রে।

নুমিৎতুগী অহিংদা তোম্বীসনানা মমঙদা অমুক নোক্লকই। অয়ুক য়াহোরগা মমা লুপ্রাবীনা মঙোন্দা হংলকই, "ঙরাং অহিং নমঙনা নোক্লক্লিবা করিগীনো? নমঙদা করি অমুক উরবগে?"

তোম্বীসনানা হায়রকই, "মহু য়াম্না নুংঙাইবা মঙনি। অমবদি নহাক্না ঐঙোন্দা ঙাংলকনি। উরম্মী, লুপাগী গাড়ীদা তোংদুনা নুপা অমা লাকই, অদুগা মহাক্না ঐঙোন্দা সনাগী লুহুপ অমা পীরে। লুহুপ অহু উপ্লদা ঐ অমুক্তা মতিক ফজরম্মী

মতুদি, ময়াম্না ঐমুক কজবী লৈশাবী ঐখোয়গী লৈবাক্তা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়রম্মী।"

হনুবীনা মনাকোং মেন্দুনা খাংলগা হায়রকই, "হৌমদে হৌনদে, অদুক হাক্লা নাপল ভোবা চুমদে, কনানসু নঙবু কৈ হায়ররোই।"

"মীনা কত্তে হায়গে হায়জসনু।" হায়রম্লগা তোম্বীসনা মমাগী মনাক্তগী থোকখ্রে।

মুমিৎ অদুদা খুঙ্গং অদুগী খাইদগী ঈনাক-খুনবা নুপা অমনা মচানুপাগীদমক তোম্বীসনাবু হায়বা লাকই। হনুবীদি হরাওজবগী ওমথৈ লৈরমদে। মহাক্লা খল্লকই, ঐগী ইচানুপীসি শোয়দনা কজরমগনি, মদু নত্রবদি খুঙ্গংগী মচিন চৎপা ঈনাক-খুনবনা মচানুপাগীদমক মাবু হায়বা লাকপা হৌনদে।

অদুবু তোম্বীসনানা থৌওই-রাওইদনা হায়রকই, "মাগুম্বা খুঙ্গং অমগী মচিন-তোংবা মীশক্তী মচানুপাদবু ঐ কৈদৌনা লুহোংজরুনি! মহাক্লা করিগুম্বা লুপাগী গাড়ী তোংদুনা লাক্লগা ঐগোন্দা সনাগী লুহুপ পীররবা মদু কাওবদা ঐ মাগা লুহোংবিগদবা লৈত্তে।"

মচানুপীগী রাসি তাবদা মমা হনুবী মকোক পায়দুনা কপ্লকই।

মুমিৎ অদুগী অহিংদা তোম্বীসনানা মমগদা অসুক্কী মতিক কল্লা নোক্লকই মদুদি, কাদুদা হৌদোং অমা তুমদুনা লৈরম্মী মহাক থংদুনা মমৈ ক্বিরাল শানা চেনখি।

অম্মুক্তা হনুবীনা হংলকই, "ইমাগী ইবেম্মা তোম্বীসনা, ঙরাং অহিংস্থ য়াম্না নুংঙাইবা মঙ মঙলিনিনে ? অদুনা অদুক কম্না নোকপা ওইরিনিনে ?"

তোম্বীসনানা হায়রকই. "তোয় ইমা, ঙরাং উখিবা মঙদু করিগুম্বা অচুম্বা ওইবা থোক্লবদি য়াম্না নুংঙাইগদবনি। মদু তম্লবদি নহাক্না ঐবু ফুরবনি।"

হনুবীনা হায়রকই, "ফুরোই হায়রবসিনি, হৌজিক্তি তম্বা য়ারেদনা ?"

মমাগী রাঙ্গি তাবদা নোকুনা তোম্বীসনানা হায়রকই, "মিৎ থক্লবা সনাগী গাড়ী অচৌথা অমা তোংদুনা নুপা অমা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকই, অদুগা মহাক্না ঐঙোন্দা ক্বিগে-ক্বনেক অমা পীরম্মী, মদুগী মম্মুংস্থ মকেনস্থ সনাগী লংনা শাবনি। ক্বনেক অদু ঐনা হেক শেৎপদা ইশক অম্মুক্তী মতিক থৌগংলম্মী মদুদি, ময়াম্না অম্মুক চংখোন্না ক্বজবী লৈশাবী তাইবংপান্দা অমমুক লৈক্তে হায়নৈ।"

মমানা ফুরোই হায়খিদুনম্নু মহাক্না থাজবা ঙমদদুনা রাসি হেক হায়বগা মমাগী মনাক্তগী হৌদুনা চেম্বোকখ্রে।

মদুগী মথংগী নুমিত্তা তশেংনমক শগোল গাড়ী অদুম মখোয়গী থোঙালদা থান্নরে। অমনা কোরিনা শাবা গনড়ীনি, মদু শগোল অনিনা চিংই ; অমনা নুপাগী গাড়ীনি, মদুদা শগোল অঙোবা মম্নিমা চিংই ; অদুগা অগুমগুকা অদুনা সনাগী গাড়ীনি, মদুদা শগোল নিপালনা চিংই। শগোল-গাড়ী

থৌবশিংগী ফিজেৎসু য়াম্না নাল্লি। হনুবীগা তোম্বীসনাগা থোঙ হাংবমক্তদা সনাগী গাড়ী অহুদগী লুপা অমা কুমথরক্লে, মাগী ফিজেৎতা সনা-কিগে শেৎলি, মকোক্তা সনা-কিগেগী কোয়েৎ য়েংলি। মহাক্না চংশিল্লক্লগা হনুবীদা হায়রকই, "ঐ লনগী নিংথৌনি, ঐ তোম্বীসনাগা লুহোংবা পাম্মী।"

হন্দক্তি তোম্বীসনানা য়ানিংদবা উৎত্রে। মতম অহুদা লনগী নিংথৌনা মঙোন্দা সনা খুদোপ অমা পীরকই, মহুদা থিল্লিবা নুংহু থরাম্মিচাককুম থোকই; অহুগা সনাগী লুহুপ অমগা মকোক্তা উপ্লি, মহু থাজগী মতৌগুম ইরং লংই। অহুগী মতুংদা মহাক্না শেৎননবা কিগে-ফনেক অমসু পীরকই, মহুদা হীরা-মণি-মুক্তা থিল্লি। তোম্বীসনানা পুন্নমক অহু শেৎ-ইল্লগা নিংথৌগা লোয়ননা সনাগী গাড়ীদা কাখৎত্রে, মাগী মমাদা হয়া কাওবা য়েংখিত্রে।

লুপ্রাবী হনুবী অহুনা কপ্না কপ্না হায়রকই, "ঐগী ইচানুপীবু কদায়দা পুবিরিবনো? মঙোন্দা করি পীগদৌরিবনো, করি পীজগদৌরিবনো?"

লনগী নিংথৌনা হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈবাক্কী কিজেৎ পুন্নমক সনা-লুপাগীনি, অহুনা মহাকসু মহু শেৎ-ইনগনি; অহুগা চাক-ইস্থাংসু সনা লুপাগীনি, অহুনা মহাকসু মহু চাগদবনি।"

অসি হায়রম্লগা শগোল গাড়ী অহুম অহু থোক্লে। হনুবী মতোমদা মমুমগী থোজাল ময়াদা কপতুনা লৈহোরে।

চীংশাং কয়া, তুরেল কয়া, লৈবাক কয়া লাম্বোক্লুনা শগোল গড়ীশিং অদু থৌরক্লি, অদুবু লম্বী লোইবা নাইররেৎই-দবগুম্মী। তোম্বীসনানা কীরক্লুনা নিংথৌদা হংলকই, "ঐবু কদায়দা পুরিবনো ?"

লনগী নিংথৌনা হায়রকই, "য়ৌগদৌরে।"

নুমিৎ চুপ্পা লাক্লবা মতুংদা সন্ধ্যা মতমদা গাড়ীশিংদু মকম অমদা থাররে। তোম্বীসনানা উরে, মাংদা চাওরবা অমুবা চীংজাও লৈ। চীংদুগী চীংমায়দা য়াম্না চাওবা থোঙজাও অমা পাল্লি। থোঙজাওদুদা গাড়ীশিংদু থৌজিনক্লে। মাইকৈ মরিমক মম্মী, করিমত্তা উবা কংদে। কীজবনা তোম্বীসনা মশাদা হুমাং কারক্লে।

লনগী নিংথৌনা হায়রকই, "কীরুম্মু, হৌজিক ঙাম্বোরক্লগনি। সনা, লুপা, কোরি, নুংশেল,নচিংবা থোকপা খনি অসি ঐগী লৈবাক্লি। মকম অসিদা হীরা-মণি-মুক্তা মরাং কায়না লৈ।"

খয়া চৎলগা ভূতকী মতৌগুম্বা মীয়াম অমা মথুংতা মৈরা পায়দুনা মমাক্তা চংশিল্লক্লে। মতম অদুদা মৈথাগী মঙালদা উরক্লে, অঙকপা লৈবাক্লি। কোরিগী লম্বী, নাক-য়েৎতা উমং, উমং অদুদা হৌবা উ-রা 'পুম্বা নুংশেলগীনি। জঙ্গল অদুগী মতায়দা লমহা অমা লৈ। ঘুম অদুগী থোঙজিন য়ৌরকপদা নিংথৌনা হায়রকই, "ঐ লৈবাক অসিগী নিংথৌনি ; মসি ঐগী ঘুম্নি। নহাক্লা মকম অসিগী রাণী ওইরবনি।"

তোম্বীসনানা খল্লকই, [illegible] নুক্তানা খল্লা লৈরবা লৈবাক্লি। অছুবু মকম অসি মখী: মমজনমু কৈদৌনি। অসিগুম্বা লনথৈগেবু কদায়দা অমুক লৈরমখিগদগে?

ঙ্গমিং চুপ্পা শগোল গাড়ী তোংহুনা লাকপনা ময়াম পূম্মক চাক লাম্লবনি, অদুগ নিংথৌনা তোম্বীসন দা হায়রকই, "চংলসি, চাক চারুবসি।"

তোম্বীসনাসু চাক লাম্বনা খাংডমজরবনি, মহাক্না খল্লম্মী, লৈবাক অসিগী অচা-অথকসু কনানা খঙগনি কয়াগী মতিক অঙকপা মখলগী ওইরম্বা য়াই। চাক চাকম কাদা চংলকপদা উরে, সনাগী পুখমশিংদা অঙাংবা, অশংবা, নাপু, অঙৌবা মচু কয়াগী হৈ-রাশিং অদুগা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা হীরা-মণি-মুক্তা থেন্দুনা লৈ। উবদা য়াম্না ফজে, অদুবু অচাপোংতি কদায়? নিংথৌ চাক চাবা কমথপ্রে। মখোয় ময়াম্না পুখমদা হাপ্লিবা নুংহুমশিংহু চখোম চখোম মচিন্দা হুক্কুনা চারি; তোম্বীসনানা মঙৌ-ময়া কানা য়েংলি।

ঙাইহাক লৈরগা নিংথৌনা হায়রকই, "রাণী, নহাক চাজরবদি কৈদৌরে? নহাকপু অরাম খৌরাংবা পোক্লুরব্রা?"

তোম্বীসনানা হায়রকই, "ঐখোয়দি চাক চাই; পূম্মক অসি কমদৌনা চাগদগে?"

নিংথৌনা ভুত অমদা য়াথং পীরকই, "হাই, চাক পুরকউ।"

তোম্বীসনানা খল্লকই, হিংলে চাক চাবা ফংলগনি।

অদুগ্‌ চাক্নি হায়দুনা পুথোরক্লিবদু কোরিনা শাবা অঙাংবা চাক্নি। তোম্বীসনানা মসিবু কমদৌনা চাগদগে? মহাক্না হায়রকই, "চাক অসি ঐ চাবা ঙম্লোই, চাক অচৌবা চাগে।"

অসি তাবদা ভূতনা হায়রকই, "হোয়, মদুস্মু লৈ।" হায়রম্লগা মহাক্না চেনখিদুনা লুপাগী চাক পুখম অমা পুরক্লে। চাক অদুস্মু তোম্বীসনানা চাবা ঙমদ্রে হায়বা উদুনা সনাগী চাক পুখম অমা লৌরুরে। মদুস্মু তোম্বীসনানা চাবা ঙমদ্রে, মতম অদুদা নিংথৌনা হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈবাক্তদি অসিগুম্বা মখলগী চাক নত্তনা অতোপ্পা মখলগী চাক লৈতে: নহাক মদু চাবা ঙম্লগা চাও, চাবা ঙমদ্রগনা তুম্মিন্না ফমদুনা লৈয়ু।"

মতম অদুদা তোম্বীসনানা থম্মোয় শোক্না কপখৎলকই। অহিং অদুমা চাক চাদনা লেল্লে, মথংগী অয়ুক্তস্মু করিমত্তা চাদ্রে। অদুবু চাদ-থক্তনা সুমিৎ কয়ানি লেনগদগে? সুমিৎ নিনি হুম্নিগী মনুংদা মহাক অনাশক মাল্লক্লে, মশক থিজিল্লক্লে। মতম অদুদা মপুক্নিং সুংঙাইতদুনা ফমুংদা হিপতুনা কপতুনা লৈরে।

অসিগুম্বা মতমদা লুপাগী ফিজেৎ শেৎপী থরাম্মিচাকী লিক্লাং পরেং শিবী লাইরেম্বীদুনা লাক্তুনা মমাংদা লেপতুনা হায়রকই, "করি তৌরবগে তোম্বীসনা? সনা, লুপা, মণি, মুক্তা অস্মুক হাক্না কংলবদস্মু নহাক্না হরাওদ্রিবা করিগীনো?"

তোম্বীসনানা কপ্পা কপ্পা হায়বকই, "ইমা লাইরেম্বী, পূম্নমক অসি ঐ পামজগে। হৌজিক্তি ঐ তশেংনা খঙজরে, পূম্নমক অসি করিস্তু কান্নদে হায়বা। ঐ ইমাগী থাংপোকশঙ অহুদা হন্নিংলে।"

মহাক্না না অসি হায়বা লোইখিবগা লোয়নমা ননগী নিংথৌ, সনাগী শঙ্গাই, লুপাগী লৌবুক অসিনচিংবা পূম্নমক অহু স্বাই মাংগ্রে। মতম অহুদা লাইরেম্বী অহুনা তোম্বীসনাবু মমাগী মনাক্তা পুবিরক্লে। তোম্বীসনাবু হন্নুবীগী মখুৎতা শিন্নহুনা লাইরেম্বীমা হায়রকই, "নচানুপী অসি নঙোন্দা শিন্নরবনি। হৌজিক্তি মহাক অচাওরম কাররোই, অহল-লমন্না হায়বা ইনবী লমচৎ কজবী নুপীমচা অমা ওইরবনি।"

—————

# ফাইবোক

খুঙ্গং অমদা মচিল-মনাও অনি লৈরম্মী। মনাওনুপাদু হাইক্নেৎ পঙদানৈ অদুগা লাইরে। অদুবু মহাক মপুকচেল য়াম্না শেংই। ময়াম্বা অদুদি ললোন-ইতিক তৌদুনা ঈনাক খুনবা মী ওইখ্রে। অদুগা মহাক্তি লাইরিকস্থু হৈ। লাইরবা মনাওনুপাগী মমিং চাওতোন কৌই, অদুগা ইনাকখুনবা ময়াম্বগী মমিংনা চাওবা কৌই। মখোয় অনি ফাইবোক্নি। ঈনাকখুনবা চাওবা মচা পোক্কে।

নোংমা লাইরবা চাওতোম্না উমংদা শীং থিবা চংলকপদা ঈশিং মপান্দা সনাগী ঙানু অমা কুন্দুনা লৈরম্বা থেংনরম্মী। ঙানুদু ফারগা ময়াম্বদা কৎলৈ। মাগী ময়াম্বদু খুৎলৌ য়েংবা হৈ। মহাক্না খুৎলৌ য়েংবদা খঙলে, ঙানু অসিগী কলেজা চাবা মীশক অদুনা অমুক্তা য়াহৌবদা মাগী মোন মখাদা সনা মোহর অমমম ফংগনি। মতম অদুদা মহাক্না মনাওদা শেল পীবদা লৌ হায়বা য়াদে। মদুদা চাওবনা হায়রক্নই, "নঙনা ঙসি নোংমগী ওইনা ঙানু অসিমখক ফংলকপনি। মদু ঐগোন্দা পীররে। হৌজিক নঙদা নত্তনা সুপী অঙাং পূম্নমক চন্না হেনবা তাবনি। মদু নয়াম্বা ঐনা কমদৌনা য়েংদুনা

লৈবা ঙমগদগে ? শেল অসিনা চেং-চাক রান্দুনা পুথিনবা পীবনি ; ইয়াম্বনা হায়বসি য়ানিংত্রবদি নঙগী ঙাম্নু অসি পুজগ্রো ।"

ময়াম্বনা নুংশিদনা নুংশি শাশিন্নদুনা তাৎ তৌরকপা অদু থাজদুনা চাওতোন রা মখা তারমদনা শেলদু পুদুনা ময়ুমদা হনখ্রে ।

অদুগী মতুংদা মনাওনুপা চৎপ্লবদা চাওবনা ইমুংদা চংলক্লগা মাগী নুপীদা হায়রকই, "ঙাম্নু অসিগী কলেজা মাংহন্দনা থোংগদবনি, অদুগা কলেজা অদু ঐগী ভেঙ্গোৎতা পূন্না হাপকদবনি। কলেজা মচেৎ অমফাওবা মাংহনবা য়াদে।"

চাওবগী নুপীনা ঙানু অদু মকু খোক্তোক্লগা শগাইদা য়ান্দুনা থমখ্রে, অদুগা মহাক চাকশঙদগী কদায়দনো চৎখ্রে।

তাল্লক অদুদা চাওতোনগী মচানুপা ফাইবোক মেরাগা তোম্বগা শান্নরুবদা ঈশিং খোৌরাংদুনা ঈশিং থক্কদবগী মপলগী চাকশঙদা চংলক্লে। লৈরং ময়াদা শগাইদা য়ান্দূনা থল্লিবা ঙানু অদু মখোয়না উরুরে। তাঙ্গা অদুদা ঙানুগী মপুক মনুংদগী কলেজা নাম্থদুনা তারক্লে। ঙাম্নুগী মপুক মনুংদগী তারক্লিবদু মচিল-মনাও য়েন্নদুনা চাথোকখ্রে।

তাঙ্গা অদুমক্তদা মখোয়গী মমাখোক হঞ্জিল্লক্লে। নুপামচা অমি অদুনা মচিন উমশায়নদুনা লৈরম্বা উবদা মহাক্না পাখৎতুনা হংলকই, "করি করিনো ?"

মখোয়না হায়রকই, "ঙানু অসিদগী করিনো মচেৎ অমা তারকই, মহু খুম্মুনা চাবনি।"

মতম অদুদা মমাবোক্না চংশিন্দুনা য়েংলুবদা খঙলে, ঙানুগী কলেজা অদুমক লৈত্রে। মাংলেদনা! কলেজা মচেৎ অমা ফাওবা মাংহনবা য়াদে হায়রম্বনি। হৌজিক উপায় করি লৈ ?

মহাক্না খুদক্তা চেনখিদুনা ঙানু অমা হাৎলগা কলেজা অদু ঙানু অদুগী মনুংদা হাপচিন্দুনা থমখ্রে। মাগী মপুরোইবনা চাক চাবা মতমদা কলেজা ওস্থোকখ্রে হায়বা খঙখিদ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা মিৎকপ থোরকপগা চাওবনা মোন মখাদা মায়কই। মদুদা করিমত্তা থেংনদ্রদুনা মোন মোম্পাক মথক-মখা ওনখ্রে। অদুবু মহাক্না থিরিবদুদি ফংদ্রে।

অসোমদা মেরাগা তোম্বগনা ফমুংদগী হৌগৎলকপগা মমাগী নাক্তা লাক্লগা হায়রকই, "ইমা, ঐখোয়গী মোন মখাদা অনি অসি লৈরম্মী।"

মমানা অনি অদু লৌরগা য়েংবদা সনা মোহর ওইরম্মে। মথংগী অরুক্তসু মেরাগা তোম্বগনা মখোয়গী মোন মখাদা সনা মোহর অনি লৈরম্বা থেংনরে।

মতম অদুদা মখোয়গী মপাবুং চাওতোন্না সনা মোহর অনিদু পুদুনা ময়াম্বগী নাক্তা লাক্লগা হায়রকই, "উরেদনা তাচৌ, মেরাগা তোম্বগগী মোন মখাদা নুমিৎ খুদিংগী সনা মোহর অনি কংই।"

ময়াম্বনা খঙদবা লৈখিদ্রে. ঙানু অদুগী কলেজা মুপামচা অনি অদুনা চাগ্রে হায়ব। নুক-থনবন চাওরবা চাওবনা

হায়রকই, "মহুনিনে নঙগী নচান্থুপা অনিহুদা ভূত তোংলে। মুখোয়বু হৌজিক ক য়ুমদগী তাস্থোকখো।"

মনাওনুপাহু য়াম্না পঙই, ভূত পল্লকপমক্দা মশা থক থক মিক্না মযুমদা লাক্লগা মচানুপা অনিবু য়ৈ-য়ৈহুনা তান্থোকপ্রে।

ওান্থোকপনি। নুপামচা অনিহু মতমহুদা কদায়দা চংকদগে ? মখোয়দি লম্বী-থোং কন্থিন্থ খঙবা, নত্তে। মখোয় অদুম লাক্লুনা উমং অমদা চংলক্লে। মকম অহুনা শাদাম্বা ম্ভুমনা মখোয়বু উরগা হংলকই. "অঙাং নখোয় অনি উমং অশিদা কৈদৌরম্লিবনো ?"

মেয়ানা হায়রকই, "হ্নুংতিগী অয়ুক্তা ঐখোয়গী মোল মখাদা লল্লা মোহর অনি নি হেক হেক কৌরুক্লী হায়রুনা মাবানা ভূত কৌবদগী ঐখোয়বু য়ুমদুগী তান্থোকপিরক্লে।"

শাদামবন্না হায়রকই. "এইদা যাইরু করে, নখোয় ঐখোয়গী য়ুমদা চংলসি। ঐ ভূত কীদে।"

নুপামচা অনিহুবু উকমক্তদা শাদাম্বনা য়াম্না নুংশিবিরম্মী। মহাক্না মখোয় অনিবু মচাঙুম লুনা-চান্না তৌবি। মহাক্না হৈক্রবা বিন্না পূম্নমক মেয়াগা তোম্বগদা তম্বিবদা অথাকপা থমদে। নুপামচা অনি অহুনম্নু মহাকপু মপাঙুম নুংশিরম্মী।

উবা উনা চহি ওয়াতক্লক হৌপ্রে। মেয়া অমম্নুং তোম্বা পাথং কারে, অহুগা মখোয় অঙকপা কংনা শাদানবা হৈরে। নোংমা অহিংদা চাক চামিন্নরিবৈদা শাদানবদা হায়রকই,

"হৌজিক্তি ঐখোয় পাখং ফারে, অদুনা ঐখোয় ইশাগী শেংন-চানবা ইশানা তাজবা পায়ে।"

শাদানবনা হায়রকই, 'ফরে, ঐস্মু মচুমক পাম্লিবদি। মখোয় শেংল য়াম্না তানশিনবা ঙমগনি। তেন কাপ্পদা লৈবা মু অসিদা মখোয়গা লাম্বা পাবা ঙমগদবা কনা লৈতে হায়বা ঐ খঙই।"

পাওং অনিদুস্মু বিদায় তৌবা মতমদা শাদানবনা মখোয়দা য়াম্না কয়-কয়বা লৌরুং-তেন, শাদানবগী ফিজেৎ অহনবা পীবদা নত্তুনা চান-থক্লবা অদুগা শেল খয়া হাপ্লিরম্মী। অদুগী মতুংদা মশাগী থ্বাংচেংতা থেৎলিবা নাকল অনিমক ময়া থাংবা ছুরি অমা লৌথোরক্লগা হায়রকই, "ছুরি অসি পুখো। করিগুম্বা মখোয় মচিল-মনাও অনি শেংন-খায়নবা তাররদি মফম অদুদা হৌরম্বা উপাম্বী অমদা ছুরি অসি থুংশিন্দুনা থনস্মু। মচিল-মনাও অনিমক করিগুম্বা য়াইফনা লৈরবদি ছুরিগী ময়া নাকল অনিমক লংনা লৈগনি। অদুগা করিগুম্বা নখোয় অনিগী মরক্তগী অমনা থুদোংথৌবা মংবা থোক্লবদি মহাক্না চৎথিবা মাইকৈদা ওন্নিবা ময়া অদু কোক্লিং হাইগৎকনি।"

শাদানবগী ফিজেৎ শেংতুনা মচিল-মনাও অনি লৈবাক কয়া, উমং কয়া লাম্থোক্লুনা লাক্লে। মখোয়না থুংলু থুংলুবা মফমদা মখোয়গী তেন কাপ্পদা থুৎ চুম্বা উবদা মীয়াম্না ঙক্লরম্মী। মতৌ অসুম্না লম কয়া কোইরুরবা মতুংদা মমৈথংদা মখোয় য়াম্না চাওববা উমং অমগী মনুংদা থুংলরে। উমং,

অদু শুকখিবনা খুদুপ অনিগী লম কাওবা উবা কংঅবা উপায় লৈতে। মুমিৎ চুপ্পা চৎলক্লবদা উমং অদু লাম্থোকপা শুমদ্রে, অদুনা মকম অদুমক্তদা অহিং লেঅবা ভারে।

থংনবা মুমিংকী অয়ুক্তা চাক লাবদুনা মখোয়না লিরুং-তেন পুদুনা শাদানবা চৎলকই। মখোয়গী মখাংমক্তদা ঙৌয়োক ঙৌবা থেব অমা লৈরম্বা খঙহৌদনা উক্লরে। মদু হাৎননবগীদমক লিরুং তেঙ্গা থোংলকপদা থেব অদুনা তাইবং মীগী মম্বোন্দা হায়রকই, "ঐবু হাৎপিগনু, হাৎপিগনু. ঐ নখোয়দা ইচা অনি পীগে।"

অসি হায়রগা মহাক্না মচা অনি লৌরুদুনা মখোয়দা পীররে। থেব মচা অনিদু উবদা মুংশিবা পোক্লক্লুনা মখোয়না হাৎপিদ্রে। মখোয়না অনিদু পুদুনা অমুক চৎলকই। খরা চৎলগা লমহুই অমা থেংনদুনা মখোয়না লীরুং তেঙ্গা থোংগে তৌরকগমক্তদা লমহুই অদুনা খুমাং অমি লোমদুনা তাইবং মীয়োন্দা হায়রকই, "হাৎপিগনু, হাৎপিগনু। ঐ নখোয়গী নকমদা ইচা অনি পীগে।"

লমহুই অদুনসু মচা অনি লৌরুদুনা মখোয়দা পীররে। লমহুই মচা অনিদু উবদা মচিল-মনাও অনিগী থম্মোয়দা মীনুংশি পোক্লক্লে। অদুনা লমহুই মচা অনিদুসু পুদুনা মখোয় চৎলক্লে।

খরগা অমুক চৎলগা নখোয়গী মাংদা কৈশাল অমা চৎলম্বা মখোয়না উক্লরে। মখোয়না মাবু হাৎকে তৌরুবদা কৈশাল

অহুনা হায়জ-নোঙহনা হায়রকই, "হাৎকনু, হাৎকনু ঐগী ইচা অনি নখোয়দা পীগে।"

কৈশালনা পীববা মচা অনি অহুম্ব পুন্থনা মখোয় লাক্লে।

অহুগী মন্ডুংদা মখোয়না শওম অমগা থেংনে। মাবু মখোয়না হাংকে তৌরুবদা মহাক্লা হায়রকই, "হাৎপিগন্থ, ঐগী ইচা অনি নখোয়গী মকমদা ,রুচ্চগে।"

শওমনা মচা অনি পুবক্লুনা মখোয়দা পীরে।

খরা চৎলগা মখোয়না নোংশা অমা লৈবম্বা থেংনরে। মাবু হাংকে তৌরুবদা মহাক্লা হায়রকই, "ঐবু হাৎকন্থ। ঐগী ইচা অনি পীজগে।"

নোংশানা মচা অনি পুরক্লুনা মখোয়দা পীয়রে। নোংশা মচা অনি অহুগী মওং-মতৌ উৎদা মখোয়না হাৎপা ঙমদ্রে।

খেব অনি, লমহুই অনি, কৈশাল অনি, শওম অনি অহুগা নোংশা অনি পুন্থনা মেরা অমম্ভুং তৌবা উমং লাম্বোক্লুনা খুদং অমদা লাক্লে। মক-হুদা মখোয় অহিং অমা লৈক্লগা অমুক চৎলকই।

মক্তৌ অম্নুম্বা শাশিং পুন্থনা মচিল-মনাও অনিনা লৈবাক কয়া কোইরকই। নোংমা ময়াম্বনা মনাওদা হায়রকই, "ইনাও, হন্দক্তি ঐখোয় অনি মাঈকৈ তোংভান তোংভান চৎগ্রসি।"

মকম অহুদা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরম্বী, মহুগী নোংপোক অমদি ন্যোংচুপ্তা লম্বী অমি শায়দোক্লুনা

চৎখ্রে। মখোয়না খোংনাং পাম্বী অতুদা মচিন অনি লোংবা ভুরি অহ্নু যুংশিল্লগা মখোয় অমমম্মা থেব অমা, লমহুই অমা, কৈশাল অমা, শওম অমা, মোংশা অমা পুহুনা মাইকৈ অনিদা চৎমখ্রে। মেবানা নোংপোক্তা চৎখ্রে, তোম্বনা নোংচুপ্তা চৎখ্রে।

মসিগী মুমিং খরনিগী মতুংদা মেম্বানা মাগী শাশিংছু পুহুনা [illegible]লাকপদা সহব অমদা থুংলহুনা মীথুংশঙ অমদা লৈরম্মে। সহম অহু [illegible] 'দাগুই, অহুবু মক হুদা লৈরম্বা মী অমা [illegible] চিমমান্দা নোকপগী মমি তাবা উদে। কৈথেল কাদে, [illegible] পুম্মক থি-উ, মমগী থোঙ-খোঙনাও পুম্মক লোল্লি, [illegible] ইমুংদগী মীকপ-মীরাওখোল তাই। মহু 'উবদা' মেরা [illegible]না খম থেংখ্রে অহুনা মীথুংশঙ পামবদা হংলকই, "নখোয়গী সহম্বদা থুদোংথীবা কয়ি থোক্লবগে? য়ুমথোঙ খুদিংগী কপ্পরিবা [illegible]গীনো?'

মীথুংশঙ পাম্মবনা হায়রকই, "নহাক্তি শিকার তৌবা থোইনা চৎলিবনি, অহুগা পাউ করিমত্তা খঙদ্রা? ঙসি ঐখোয়গী নিংথৌগী মচানুপীবু হিংচাবনা চাঞ্জগনি।"

মসি তাবদা মেরানা অমুক হেন্না ওকুনা হায়রকই, "নিংথৌগী মচানুপীবু হিংচাবনা চাথিগদৌরিবা?"

নুপাহনা হায়রকই. "আদা লৈরিবা চীংজাও অসিদা মকোক তরেৎ লোংবা হিংচাবা অমা লৈ। পূর্ণিমা খুদিংগী

অহিংদা মশক কজবী লৈশাবী অমমম পীরুদবা য়াদে ; পীরুত্রবদি মহাক্না কনাম্ন থাকনা হাংলগনি। অমমম ওইনা লৈবাক অসিগী লৈশাবী পূম্নমক মানা চাপ্রে, হৌজিক লেমহৌরিবা হায়ববু নিংথৌগী মচাম্নুপীদা মতাইয়ে। চীংথক্তা মখিম থমা লৈ, মন্দির অতুদা নিংথৌগী মচাম্নুপীবু থিম্নুগদৌরিবনি। হন্নং অয়ুক হিংচাবনা মাবু চাবগদৌরিবনি।”

মেরানা হায়রকই, “নখোযনা হিংচাবতু হাংজিবা করিগীনো ?”

“ঐখোয়না মাবু হাংনবা থেইনা হোৎনখিদবা নত্তে। মাবু হাংনবা হোৎনবদা মী কয়া হিংচাবনা চাংপ্রবনি, মতুংগী মশীং থিবা ওয়া নত্তে। অতুমকপু নিংথৌনা লাওথোক্লি, মাগী মচাম্নুপীবু হিংচাবগী মখুৎতগী কনবিবা ওবা মীশক লৈরে। মহাক্না লৈবাক অসি পীগনি অতুগা মচাম্নুপী থাজগনি।” মীথুংশঙ পাম্নবা হুপাহনা হায়রকই।

অমিং অতুদা মেরানা কনাদম্ম করিমত্তা থওহন্দে, মনা-মনিল নাইদনা হিপ্লে !

থংনবা কুমিৎকী অয়ুক মম্নিংইদা হৌগৎলগা মাগী শাশিংদু পুত্থনা মহাক ভুম্নিদা হিংচাবগী চীং অতু ভমা লাক্লে।

মতম অতু হিংচাবা য়াহৌবদা ওাইরম্নি। মেরাবু উথদা হিংচাবনা ওংহনা হায়বকই, “নও কনানো ? ঐগী চীংসিদা কৈদৌবা কায়ক্লিবনো ?”

মেরানা হায়রকই, "ঐ নঙগী নকোক থুগায়রবা লাক্লিবনি।"

অসি তাবদা হিংচাবনা মৈ হৌনা শাওরবুনা মহাকপু য়োংকদবগী চংশিল্লক্লে। মেরানা থু তা মহাক্কী মমিং অমা তেম্না থাদুনা থুগায়ক্লে। মতম অদুদা হিংচাবনা নাতোন তরেং অদুগা মমিং তরাহুমদোইদগী মৈ কাপথোরকই। মৈ অদুনা চীংদা মৈ রাইরক্লে। থরা থিদুরবদি মৈনা মেরাখোয়বু চাকথেক্লমগদবনি। অদুবু মাগী শাশিং অদুনা মখোঙনা নৈহৎতুনা মৈ মুৎথৎক্লে। মেরানা তাল্লক অদুদা হিংচাবগী মমিং তরাহুমদোই অদু তেম্না থাদুনা তাংহনক্লে। অদুগী মতুংদা হিংচাবা হাংপবু মতম কয়াবু কুইনা চংগনি। শায়ামদুনা শারাক তমদুনা শিরুম-লাক্লবা হিংচাবদুগী মথরায় লৌক্লে। হিংচাবা শিরবদা মেরানা মৈরে তরেংতু ককথংদুনা লৌক্লে।

ওসাইমখৈ মেরানা মাইকৈ মখি য়েংলুবা কংলমদে। হৌজিক উরক্লে, থরা লাপ্পা মন্দির অমা লৈ; মন্দির অদুগী খোঙদা কুপীমচা অমা রাম্বদুনা তাদুনা লৈরি। মেরানা মহাক অসিমক রাজকুমারীনি হায়বা খঙলে। মতম অদুদা শারায়া কোইচেন চেন্দুনা কদায়দগীদো ঈশিং লৌক্লয়ে, অদুগা ঈশিং অদুনা মমাইদা থিকপমক্তদা রাজকুমারী চৌগৎদুনা কক্লে। মহাক্তি হিংবগী আশা তোক্লত্রবনি; মরম অদুনা মেরাগী রা চাবদা অদুগা মকোক তরেং লোংবা হিংচাবদু শিদুনা তাদুনা লৈবা উবদা মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা

হরাওরে। মঙ্খক্তা শিরিবা লিক্লাং-পরেং হুক্তোক হুত্তাক্লুনা শাশিংহুদা শিবিরকই। মোংশাগী লাইবক্তা তমথে মাপ-পরেং! অহুগী মহুংদা রাজকুমারীনা মশাগী মমিং থাবা খুদোপ অহু লৌথোক্লুনা মেয়াদা খুদোল তমগে।

সন্ধ্যা ওইরক্লে, হুমিং চুপ্পা হিংচাবগা লাম্হৈংনরুবনা ম্যেরা অহুগা শাশিংহু য়াম্না চোকথরবনি। মরম অহুনা মথোয় অহিং অহু চীং অহুদা লেনবা তারে। ময়াম হুমগে অথক্লুং নোংশ্যানা শংহুনা লৈ।

অহুবু চোকথবনা লেংঙম শাঙমহেবা নোংশানা কৈয়াম কুইনা তুমদনা লৈবা ঙমগদগে? পুং অনি ক।ওবা কাম্রিকৈদা মহাক উইহুনা মশা তোলহাইনরক্লে। মমৈদা মহাক খাংবা অমুক ঙম্লক্লু, অহুমা মহাক্না শওনু হৌদোক্লগা হায়রকই, "শওম হৌগংলো, ঐ য়াম্না তুম্মিলে। মও অমুক শংউ।" অসি হায়রগা মহাক হিপ্থক্লে।

মতম অহুদা শওম মমিং নোইরা-নোইরহুনা হৌগহুনা লক্লে। মমিং হনা নোইহুনা মমিং শিংহু হায়বা রূপমা য়ামে। মমৈদা কৈশাল হৌদোক্লগা মহাক হিপথক্লবা লাথোক্লক্লে।

কৈশালশু কুইনা কমহুনা লৈবা ঙমগে। মহাক্লা ইকুই কুইদনা লমহইবু হৌদোক্লে। অহুবু মিনিট মথা কাওবা শংহুনা লৈবা ঙমগে। মহাক্লা থৈবু হৌদোক্লগা হায়রকই, "থেব, নঙনা নোংঙানবা কাওবা শংগদবনি!

উপায় লৈত্রবা থেব তিংলি-য়াংলিদুনা হৌগৎতুনা কয়ে। তোইনা তোইনা তিংলি য়াংলিদুনা থেবনা তুম্মিংবা কোক্লবা হোৎনরকই। অদুবু মহাকস্থু খডহৌদনা উইরক্লুনা তুথরে। শংবিনবা কনাস্থু লৈখিদ্রে।

রাজকুমারীবু মন্দিরদা থিল্লকপা মতমদা নিংথৌ প্রজা পূম্নমক কপ্পা কপ্পা মতুং ইন্নরকখি। লৈবাক অদুগী মন্ত্রীগী মচাস্থু মখোয়গা লোয়নরকই। রাজকুমারীবু মকম অদুদা খনয়গা ময়াম হন্নখিবদুদা মহাক্তি চৎখিদে। মদুগী মতুংদা করি থোকপগে হায়বা য়েংননবগীদক মহাক্লা লাপ্তক্লা হৌবা উনা পুংবা উপাম্বী অমদা কাখৎলগা উশাদা কমদুনা য়েংদুনা লৈরম্মী। হিংচাবগা মেরাগা লান্থেংনবা অদু উবদা মন্ত্রীগী মচা কৌবনা নিক্লম্মী। হিংচাবা শিথ্রবা, ময়াম তুম্নথ্রবা মতম অদুদা পুক্চেল মক্লবা মহাক উথক্তগী তপ্পা তপ্পা কুমথরক্লে। অদুগা মহাক্লা তুমিন্না চংশিল্লক্লগা মেরাগী মঙক ককথৎত্রে।

মতম অদুদা রাজকুমারী মিৎকপ থোরক্লে। মন্ত্রী-মচানা ঈ তৈবা থাংদু উৎতুনা হায়রকই, "ঐনা হিংচাবা হাৎপা নত্তে হায়বা নিংথৌদা নত্রগা কনাগুম্বা মীশক অমদা হেক্ক হায়দোক্লবদি নঙ নঙক কক্লুনা হাৎকনি।"

মতম অদুদা মথবায় মাংগত্রা কৌজবনা রাজকুমারীনা কনাদস্থু তাকথোক্লোই হায়দোকল্লে।

মন্ত্রী-মচা হয়াওবগী ঙমখৈ লৈখিস্রে। মখোয় কোনুংদা লাক্লবদা মহাক্না ময়ামদা হায়, "ঐনা হিংচাবা হাংতুনা রাজকুমারীবু কল্লক্লিকনি।"

রাজকুমারীদি হায়দোকপ্রবা রা ঙাকবা য়াদবনা তুম্মিন্না লৈরম্মী। মরম অসিনা ময়াম্না মন্ত্রীমচানা হিংচাবা হাংপনি হায়বা রাকম অসি থাজনখ্রে।

মতম অদুদা নিংথৌনা পেল্লদুনা রাজকুমারীবু মন্ত্রীমচাদা লুহোংলগনি হায়না লাওথোকখ্রে। মচানুপীনা মপাবুং মহারাজদা হায়জরকই, "পাবুং মহারাজ, ঐ ব্রত অমা তৌজরি, মসি চহি অমা চুপ্পা ঙাকচগনি। অদুনা চহি অমগী মতুংদা পাবুংখোয়গী য়াথং ইজগে। মতম অদু য়ৌদ্রিবা ফাওবদদি নমোঙ্মু ঙাকপিয়ু।"

নিংথৌনা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা, নঙনা চহি অমা ব্রত ঙাকনি হায়রবনিনা মদুগী মতুংদা ইপানা নঙোন্দা অদুগুম্বা রা অমুক হন্না পল্লরোই।"

মপাবুং নিংথৌগী রা অসি তারদা রাজকুমারীনা নিংজবা থুংলে। মহাক্না খঙই, মেরাবু মন্ত্রী-মচানা মঙক ককপ্রবম্ম শিরোই, অমুক হিঙৎলকখিগনি, শাওদুনা লৈবাক অসি থাদোক্নুনা অতোপ্পা লমদা চৎলুরগা চহি অমগী মতুংদা লমদম অসিদা অমুক হল্লকনি হায়বা।

সোমদা হিংচাবগী চীংথক্তা মতম অহু ফাওবা শাশিংহু তুম্লি। কদায়দগীনো য়াম্না চাওবা কাং অমা পাইরক্লগা থেবগী মাতোন্দা চিক্লরে। থেব খংপ্রেক খংনা ফুক হৌগৎতুনা কম্মী। মতম অহুদা মখোয় ময়াম চরাংনরকই। ময়াম পূম্নমক কপ্লকই অহুগা অকনবনা অশোনবদা মরাল শিজিল্লকই। নোংশানা য়াম্না শাওহুনা হায়রকই, "নঙ চাথোক্লগনি। ঐবু হৌদোরক্লিবা করিগীনো?"

শওম্না খুদক্তা থমকা ভৌহুনা কৈশালদা হায়রকই, "ঐবু হৌদোরক্লিবা করিগীনো?"

মতৌ অহুম্না অমনা অমদা মরাল থংজিল্লকই। মমৈথংদা মরাল পূম্নমক থেবগী মথক্তা হৈথরক্লে। মতম অহুদা থেবনা মথুৎ লোম্নহুনা মশা থক থক শিক্লা হায়রকই, "ঐবু ফুবিগনু। ঐমা ঐখোয়গী শাদানবা মেরাবু হিজংহনগে। মকম অসিদগী য়াম্না লাপ্না লৈবা চীং অমদা হিদাক পাম্বী অমা হৌরি। মহুগী মরাহু থোম্বদা অককপা মঙক অসি শমজিন্নবিগনি।"

ময়াম্না হায়রকই, "হৌজিকমক চৎলো। নুমিৎ তাগ্রিঙৈদা উরা পূহুনা লাককদবনি।"

খুদক্তা থেব হৌহুনা চেনখ্রে, অহুগা নুমিৎ তাগ্রিঙৈগী মমাংদা হিদাক পুহুনা হল্লক্লে। অহুগী মতুংদা নোংশানা মেরাগী মকোক অহু হককচাংদ পানশিল্লগা থেবনা হিদাক অহু হাপ্পমক্তদা শমজিন্নপ্রে। মেরা মমিৎ পাংহুনা হৌগৎতুনা কয়ে। অহুবু

হৌগৎপগা মহাক্না খংলাও লাওরকই, “মসি করিনো ? ঐগী মাই তুংলোমদা পাল্লিবা করিগীনো ?”

নোংশানা মেরাগী অককপা মকোক অদু হকচাং পামশিনবদা ওল্লখিবনন্নি। মখোয়না হোৎনবা পুম্না অরেম্বদা তোরে। তুংদা মাই পাল্লবা মেয়ানা কমদোনা শাদানবা ওমগদগে, কমদোনা চাগদগে ? ময়াম পুম্নমক মকোক্তা মথুৎ হাপতুনা চিন্তা তৌনখ্রে, অদুগা হায়রকই, “ওন্নোকপানি ! হৌজিক করি উপায় লৈ ?”

মতমদুদা নোংশানা হায়রকই, “রাকুনিংঙাই করি লৈ ! উরা লৈরি, মঙক অমুক হম্না কল্লগা মকোক মওং চুম্না পানশিল্লগা লোইরে !”

অদুনা মমৈদা মদুমক তৌরে। মেরা অমুক হিঙ্গৎলক্লে। মহাক্না কোইয়েং য়েংলকপদা রাজকুমারীবু উবা ফংদ্রবদা খল্লকই, মানা ঐবু পামদ্রমাল্লে। মসি খল্লুবদা মহাক মথরায় সুংঙাইরক্লে, মহাক মাগী শাশিংদু পুদুনা লৈবাক অদু থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

চহি অমা চুপ্পা লৈবাক কয়াদা কোইরুরবা মতুংদা মেরা শহর অদুদা অমুক হল্লক্লে। হান্নগী মীথুংশঙ অদুদা থুংলরে। সুমিং অদুদা লৈবাক অদুগী প্রজা পুম্নমক য়াম্না হরাওনা উই। মদু উবদা মহাক্না মীথুংশঙ পামথদা হংলকই, “চহি অমগী মমাংদা ঐনা শহর অসিদা ইহান হান্না লাক্লদা মতমদদি

য়ুমখো' খুদিংমক্তা মীকপ মীরাওখোল তারম্মী, অদুগা ভসিদি মীপূম্ন খুদিংমক হয়াও-তয়াম্না উই। মসিগী অর্থ করিনো ?"

মীথুংশঙ পান্নবনা হায়রক্কই, "চহি অমগী মমাংদা ঐখোয়গী নিংথৌগী মচানুপীবু হিংচাবনা চাবগী য়াকম লৈরম্মী, অদুনা নহাক্না লাকপদা য়ুমথোং খুদিংদা কপ্প-লাওমবা তাশ্রিবদুনি। অদুগী মতু দা মন্ত্রীগী মচানুপানা হিংচাবদু হাংতুনা রাজকুমারীবু কল্লকুখি। হয়েং মখোয় লুহোংলগনি। অদুনা প্রজা পূম্নমক হয়াওরিবনি।"

মথংগী নুমিতুদি রাজকুমারী লুহোংপ্রগনি। নুমিৎ অদুদা চাক চাবা ক্ষমথবদা মেরানা হায়রকই, "উহুঃ, নখোয়গী চাক-ইঙ্গাংসি হাওরোই। য়েংজৌ ঐ নিংথৌগী লুক লৌহল্লুরগা চাগনি।"

অসি হায়রগা মহাক্না থেবদা হায়রকই, "চৎলো থেব, নিংথৌনা চানবা থোংবা চাক অদু ঐনা চাননবা লৌরুচা।"

য়াথং ফংবগা থেব কোন্নু তম্না চেনপ্রে। মহাক চেল্লক্কুনা রাজকুমারীগী কাদা থুংলরে। অদুগী মতুংদা রাজকুমারীগী মনাক্তা চংলক্লগা মহাক্না মাগী মখোঙদা শুৎ শুৎ নম্লরে। রাজকুমারীনা মখোঙদা থেংলক্লিবদু হৌদোংনি খন্দুপা "মিন্নু, ভাওশিন্ননু" হায়রকই। অদুগী মতুংদা য়েংথোকলুবদা থেব অমা মখোঙ ময়াদা লৈরম্বা উরে। থেব অদুগী মঙক্তা শিরিবা লিক উবমক্তদা মাবু রাজকুমারীনা মশক খঙলে। মহাক্না

থেববু পমখৎলগা হায়রকই, "নও কদায়দগী লাক্লিবনো ? নংখোয়গী মবুংঙোদি কদায় ?"

থেবনা হায়রকই, "হিংচাবা হাৎখিবা ঐখোয়গী ইবুংঙোহু লৈবাক কয়া কোইরুরবা তুংদা শহরসিদা লাক্লে। নিংথৌনা চাবা চাক-ইঙ্গাং চানিংই লৌরু হায়দুনা ঐ লাক্লিবনি।

রাজকুমারীনা য়াম্না হরাওদুনা খুদক অদুমক্তদা বামোনশিংবু থাদুনা অচাওবা চাক-ইঙ্গাং থেবগী মতুং ইনহন্দুনা থিসহনখ্রে।

কোনুংগী বামোননা নিংথৌনা চাবা চাক-ইঙ্গাং পুরকপা উবদা মীথুংশঙ পান্নবদু চঙরক্রে। মেবানা হায়রকই, "সিদা নত্তে, অতৈ কয়াম্মু ঐনা পীরকউ হায়রবদি খুদক্তা পুরক্কনি।"

অসি হায়রগা মহক্না লমহুই, শঙম, কৈশাল, নোংশাবু কোনুংদা সন্দেশ মখল-মথেল লৌহন্নুনবা থাখ্রে। কুন্দক্তি সন্দেশ মপৈ মপৈ চংলরে। অচা-অথক ময়াম অদু মীথুংশঙ অদুদা লৈরিবা ময়ামদম্মু পীজরে, অদুবু মদু ফাওবদা চাবা ঙমখ্রে।

মতম অদুদা মেরানা মীথুংশঙ পান্নবনা হায়রকই, "নিংথৌগী চাক চাগনি হায়বদু চারে হায়বা উবেদনা! হন্দক্তি ঐ কোনুংদা চৎলগা রাজকুমারীগা লুহোংলুগনি।"

কোনদা নিংথৌগী শক্তাইদা চরাং-চথরক্লে। নিংথৌনা মতম অদুদা রাজকুমারীগী নাক্তা চংলক্লগা হংলকই, "তৌরিবসি

করিনো ইবেম্মা ? ঙসি নোংঙানবদগী অমুক য়াম্বা শায়াম অমা হাক্কী নাক্তা হঙ্গৎ-হন্দা অমুক হাক্সা লাক্লিবসি করিগীনো ?"

রাজকুমারীনা খুম্লকই, "লোইনবা তমজগে পাবুং মহারাজ। হান্না শাশিংসিগী মপুহ্ হান্না বাৰ্ত্তণ তৌদুনা কৌবিখো।

নিংথৌনা খুদক্তা মী থাদুনা মেরাবু বাৰ্ত্তণ তৌদুনা মীথুং-শঙগী কৌহল্লুরে।

মতম অদুদা মেরানা মীথুংশঙ পান্নবদা হায়রকই, "উরেদনা! মহারাজনা ঐবু কৌহল্লরে।" অদুগী মতুংদা মহাক্না নিংথৌগী মীশিংদুদা হায়রকই, "ঐনা শেংনবা নিংথৌগী ফিজেৎ অদুগা ঐনা তোংননবা শগোল তরুক্তা চিংবা শগোল-গাড়ী থারকউ হায়না মহারাজদা হঙ্গৎলুচো, মদু ওইরবদি ঐ চৎকনি।"

নিংথৌনা বা অদু তাবদা ঙকুনা মচানুপীগী মনাক্তা চৎলগা হায়রকই, "মসিবু করিনো ইবেম্মা ? মানা নিংথৌগী ফিজেৎ অদুগা শগোল তরুক্তা চিংবা শগোল-গাড়ী তাল্লক্লি।"

মচানুপীনা হায়রকই, "থাবিখো পাবুং মহারাজ, মদুনা ঐখোয়গী য়াইফবা ওইগনি।"

নিংথৌগী ফিজেৎ শেংদুনা, শগোল তরুক্তা চিংবা শগোল-গাড়ী তোংদুনা মেরা রাজ-সভাদা থুংলরে। মতম অদুদা মাবু উবদা মীয়াম্না শোম্নরকই, "কয়াদা ফজম্রবা পাখংনো!"

নিংথৌনা মাবু তরাম্না কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। রাজ-সভা অদুদা রাজকুমারীসু লৈ, অদুগা মীনম্বা অমা মন্ত্রী-মচাসু লৈ। মেরাবু উবদা মহাক মমাই মকশিনখ্রে।

সভা অদুদা মীয়াম মমাংদা মেরানা তম্লকই. কমদৌনা মহাক্না মাগী শাশিংগনা হিংচাবা হাৎপগে, কমদৌনা মখোয়না তুম্লিরিদা কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমনা লোম্না মাগী মগুক কক্তুনা হাৎলম্লগা রাজকুমারী পুদুনা চেনখিবগে, অদুগা কমদৌনা থেবনা শিদ-হিদাক সোক্রবগা মাবু হিঙ্গৎহনখিবগে হায়বা।

মতম অদুদা মন্ত্রীমচানা লাওরকই, "মীনম্বা রানি!"

মেরানা খুদক্তা হিংচাবগী মরৈ তরেৎ অদু নিংথৌদা উৎতুনা হায়রকই, "মসি হিংচাবা অদুগী মরৈ তরেৎনি, ঐনা ককথৎহৌবনি। হিংচাবগী হকচাংদি পাক হেক পুমথদে, হৌজিক চীংথক্তা তাদুনা লৈরি। চৎতুনা য়েংনকুবা য়াই।"

অসি তাবদা নিংথৌনা রাজকুমারীদা হায়রকই, "হায়রিবসি চুম্বরা?"

রাজকুমারীনা হায়রকই, "অচুম্বনি পাবুং মহারাজ।"

নিংথৌনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি অদুক কুইবসি হায়দোক্ত্রিবা করিগীনো?"

রাজকুমারীনা হায়রকই, "কীবদগী তমথোক্তবনি। মন্ত্রীগী মচানা থিংই, কনাগুম্বা মীশক অমদা রাকম অসি ঐনা তমথোকলুরবদি ঐবু হাৎকনি হায়দুনা কীহল্লি।"

নিংথৌ অঙম-অথৌশিংগা লোয়ননা হিংচাবগী চীংদা লাক্লে। মকোক তরেৎ পানবা হিংচাবা তাদুনা লৈরি। মচিল তরেৎ অদুদা মরৈ য়াওরমদ্রে। মতম অদুদা মন্ত্রী-মচানা হায়রকই, "হিংচাবদি মরৈ পান্দে।"

অদুবু মখি হায়বনা করি কান্নগনি। হিংচাবগী মরৈ তরেৎ য়াওবা ময়েক শেংনা উই। মেরাগী মরৈ তরেৎ অদু পানশিনবদা চপ চানরে। মতম অদুদা মন্ত্রী-মচা মীনম্বা ডাংদুনা মাম্মোক্লবা উপায় লৈখিদ্রে।

নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মন্ত্রী-মচাবু মরু কোকশোক্লুনা খুমু-য়াইখং তৈরগা লৈবাক্তগী তাম্মোকখ্রে।

অদুগী মতুংদা নিংথৌনা রাজকুমারীবু মেরাদা লুহোংখ্রে। অদুগা নিংথৌদি অহল ওইরবনিনা নিংথৌ খুভম মেরাদা শিরখ্রে।

নিংথৌ ওইরবস্তু মেরা শাদানবা পামজবদি হন্থখিদে। মহাক মাগী শাশিংদু পুদুনা অথাপ্পা জঙ্গলদা শাদানবা হেক হেক চৎখি। মহাক নোংমদি শাদানবা অসুম লাকপদা ভূত হনুবী অমগী উমংদা থুংলরে। উমং অদু য়াম্না তম্মৈ হায়দুনা মী-পোং কনাস্তু চংনদে। থৌনা ফবা মেরানা হায়রিবা উমং অদুদা শাদানবা চংলক্লে। মতম অদুদা য়েংনদা পেনবা মাইত্রবা শজি অমা মকম অদুদা লৈখম্বা থেংনরে। শজি অদু মখোয়বু উবমক্তদা অক্তকপদা চেনশিনখ্রে। মেরাস্তু খুদক্তা শাশিংদুগা

লোয়ননা শজিগী মতুং ইন্নহুনা তান্নরকই। মহাক্না লোয়ন-রকপশিংদা হায়রম্মী, "নখোয় সিদা ঙাইরম্মু ঐ শজি অসি ফারুখিগে।"

শজি অহু জঙ্গল মরুক্তা য়াম্না কন্না হৌহুনা চেনবনা কপিঙপ মঙংদ [illegible] ঙনখ্রে। [illegible] কুইনা তান্নরবা মতুং খঙংখৌদনা মশক উবা ফংখিব্রে। মতম অহুদা য়াম্না লাপ্না লাক্লে হায়বা মেরানা খঙজবা ঙম্লক্লে। অঙকপা উমংনি, মহুদা নুমিং তারক্লে। অহুনা মকম অহুদা অহিং অহুমা লেনবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈত্রে। মরম অহুনা উজাও থিবগা মহুগী মখাদা মহাক্না মাগী শাশিংত্তুগা য়ারেক্কবা থৌরাং তৌরে।

মেরা উখাদা নোংশা, শওম অমম্মুং কৈশালনচিংবগা লোয়ননা মৈ তিক্কুনা ফম্লি। মতম অহুদা উ অহুগী মথক্তগী কনানো অমনা হায়রকই, "হি-হি-হি! য়াম্না ঈংই।"

মেরানা উথক্ত য়েংখংলুবনা হনুবী অমা উশাদা ফমহুনা লৈরম্বা উরে। হায়রকই."ঈংলবদি উথক্তগী কুমথরক্লগা মৈনাক্তা ফম্লোদনা। উথক্তা হি-হি নোক্কুনা লৈরিবা করিগীনো?

হনুবী অহুনা হায়রকই,"নহাক্কী শাশিংত্তু—উঁ, য়াম্না কীজৈ।"

মেরানা হায়রকই, "নখোয়না করিম্মু তৌরোই।"

হন্নুবীনা হায়রকই, 'ঐবু কুমথরকড হায়রবাদ মসিদগী উশা অমা থেল্লগা মখোয়গী মশাদা মানবিয়ু, মহু ওইরবদি মখোয়না ঐঙোন্দা কন্নিস্নু ঙৌবা ঙম্লোই।"

অসি হায়রগা মহাক্না উশা মচা অমা থেল্লগা থাদরক্লে। মেয়ানা উশা অদুনা শাশিংদুদা থেংলুবমক্তুদা মখোয় নূং ওনখ্রে।

তাঙা অদুদা ফত্রবী হন্নুবী অদু উদগী চোংথরক্লগা উশাদুনা মেয়াদা হেক কনবদা মাস্নু নূংগী মূর্ত্তি ওনখ্রে।

অসোমদা নিংথৌগী খোঙলোইশিংনা মোংঙানবা ফাওবা ঙাইবদা নিংথৌ হল্লক্লে। অদুনা মখোয়না নিংবা কায়দুনা কোন্নুংদা হল্লক্লগা মহারাণীদা তম্লরে, "ঙরাং শজি অঙৌবা অমা তান্নদুনা ভূত হনুবীগী উমংদা চংখিবদগী মহারাজ অমুক থোরকখিত্রে।"

য়াসি তাবদা মহারাণীনা খম্মোর শোক্লা কল্লকই, অদুবু নিংথৌদি হল্লক্লে।

লোমদা ভোম্বস্নু অমুক কুইবসি মাগী নোংশা, শগুম, কৈশাল, লমহুই অমম্নুং থেবগা লোয়নদুনা লৈবাক কয়া কোইরকই। কয়া উরক্লে, কয়া তম্লক্লে, কয়া হৈরক্লে, হৌজিক মহাক যাদুস্নু খরমখৈ হৈরে। চৈরক অদুদা নোংমা খঙহৌদনা খল্লক্লে, ছুরিদু অমুক্তং য়েংলুবা চুম্মী! ঐগী ইয়াম্বদু কমদৌ-রিবগে কনানা খঙগনি। অসি খন্দুনা তোম্বা খোংনাং হৌবা

মফম অদুদা লাক্লে। ছুরি অদু ময়া নাকল নাস্বা য়াম্না মকশিল্লম্লে। মদু উবদা ময়াম্বা খুদোংথীবদা তাম্নগনি হায়বা মহাক্না খঙলে। অদুবু থাং ময়া অদু তংখায় অমদি কোহ্নিং কাদে, অদুনা ময়াম্বা শিবমক্তি শিদে হায়বা ভাব তারে।

মহাক খুদক অদুমক্তদা ময়াম্বনা চৎখিবা মাইকৈ অদোমদা হৌদুনা চেল্লক্লে। অমুম চেল্লদুনা তোম্বা মেরাগী কোম্মুংদা খুংলরে। মফম অদুগী ম্নখোং ঙাকপনা তোম্ববু উবমক্তদা খুরুম্লগা হায়রকই, "মহারাজ, লেংশিনবিরকসি। ঐখোয়গী মহারাণী মহারাজ মফম খঙদনা মাংখ্রে হায়দুনা কপতুনদা লৈরে।"

মতম অদুদা মহাকপু থোঙঙাকপনা মেয়ানি হায়না খন্দুনা অদুম্না হায়ম্বিবনি হায়বা তোম্বনা ভাব তারে। মহাক ফাইবোক্লিনা মেরাগা শক-চু চশ মাম্নৈ। অদুগা মহাক্না লোয়নম্বিবসু নোংশা অমা, শওম অমা, কৈশাল অমা অদুগা থেব অমমি। মহাক্না থোঙঙাকপদা করিমত্তা হায়দোক্লমদনা চুমম্লিংনা শঙ্গাইদা চংলক্লে। মহাক লাকপা উবদা ময়াম্না "নিংথৌ লেংলক্লে" হায়দুনা চরাংনরকই। রাণীনস্লু মাগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমদ্রে। অদুমা মহাকপু মাগী মপুরোইবা মেরামি খন্দুনা মহাক হম্নাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

"করি তৌবিক্লবখগে? কদায়দা চৎপিক্লরিবনো?" অসিগুম্বা ম্না কম্না রাণীনা তোম্বদা হংলকই। তোম্বা খুদোংথীবদা

ভারে। রাহুংশিংহুগী পাউথুম করি হায়না পীগদগে? অহুনা থবক্কী মমিংদা মহাক রাণীগী মনাক্কুগী লাপথোক্লা লৈনবা হোৎনৈ। অহুগা মহাক্লা ময়াম্বা মেরাগী পাউ লৌননবা হোৎনরকই। শজি অঙৌবা তাম্নখিবদগী মেরা উমংদগী অমুক থোরকখিল্রে হায়বা পাউ মহাক্লা খঙলে। অহুগা উমং অহুদা ভূত হনুবী অমা লৈ হায়বস্থু তারে।

তোম্বানা খোঙলোইশিং অমস্থুং শাশিংহুগা লোয়নহুনা ভূত হনুবীনা লৈবিবা উমং অহুদা লাকই।

মেরানা উখিবস্তুম তোম্বনস্থু উমং ময়াদা শজি অঙৌবা অমা থেংনরুরে। তোম্বনস্থু খোঙলোইশিং মপান্দা থমল্লগা মাগী শাশিংহুগা লোয়নহুনা শজিগী মতুং ইল্লরকই। উমং ময়াই য়োরকপদা মাগী মিংয়েংদগী নাথোক্কুনা শজি অহু লোৎখ্রে। মতম অহুদা সন্ধ্যা ওইরক্লে। তোম্বদি যাদু-বিগ্গা হৈবনিনা মমশিল্লক্লিবহু মুমিং তাবা নত্তে, ভূত হনুবী অহুগী মায়ানি হায়বা মহাক্লা খঙলম্মী।

অহুগী মতুংদা মহাক্লা করিমত্তা খঙদবা শাহুনা অহিং অহু লেম্নবগীদমক উজাও অমগী মথাদা মৈ হোৌহুনা ফম্লরে। উথক্কা হনুনীহুনা হি-হি নোক্কুনা হায়রকই, "য়াম্না নিংথম্মী।"

মাবু উবদা ভূত হনুবী হায়বহুনি খঙলহুনা তোম্বনা হায়রকই, "ইবেন, য়াম্না ঈংলবদি উথক্কা লৈরুনু, সিদা মৈ

তিক্কুনা নুংঙাইনা ফম্লো। উথক্কা থক থক নিক্কুনা অঙ্গংবা খাংবনদি কাম্নরোই।"

হনুবীদুনা হায়রকই, "নহাক্কী শাশিংদু হাল্লা তাস্লাকখো, ঐ য়াম্না কীজে।"

তোম্বনা হায়রকই, "ইফ-ফজনা কুমগে হায়রগা কুমথরকউ, নল্লবদি তেন কাপ্লগনি।"

হনুবীনা খেন্না নোক্লগা হায়রকই, "তেন কাপ্লিংলগা কাপচো, মদু হায়রগা কীবিগদবা নত্তে।"

তোম্বনা খুদক্কা হনুবী অদু তন্না তেন কয়া কপ্লকই। অদুবু তেনশিংনা হনুবীদা করিম্ব তৌবা ঙমদ্রে, য়োৎতা পাল্লুরগা থক্তোরকপগুম থক্তোরক্লে। মতম অদুদা তোম্বনা নিংশিংলক্লে, ভূত-প্রেত হায়বসিদি খাং-তা চংবা নত্তে, মৈদনা মখোয়বু মাইথীবা পীবা ঙম্মী।

তোম্বনা খুদক্কা শাশিংদুবু অকংবা শীং কোকখোং কোক-খোং লৌহল্লুরে। উখাদুদা মৈ কন্না থারক্লে। মৈ উবদা হনুবীদু লাও-খোংবা লেপখ্রে। হায়জরকই, "ঙাকপিয়ু ইবুংঙো, ঙাকপিয়ু নখোয়না। ঐ কুমথরক্লগে।"

তোম্বনা হায়রকই, "অদুদি থুনা কুমথরকউ, অদুগা ঐগী ইয়াম্বা কদায়দা লৈবগে তাক্লো লাও।"

হনুবী কীনা কীনা কুমথরক্লে, উ অদুগী উশা অমা থেল্লগা মহাক্কা মাইকৈ মরিদা লৈরিবা নুংশিংদুদা ফৎ ফৎ

কল্লকই। মহুগা লোয়ননা মেরাগা শাশিং অহুগদা নত্তনা মী অতৈ কয়াম্নু হিঙ্গংলক্লে।

মতম অহুদা মখোয় হবাও-ম্নুংঙাইনবা কোংদোক্লম্নিঙৈদা হম্নবী অহু মারোম্না নাম্থোক্লুনা চেনখ্রে। মহাক চৎখিবনা মফম অহুদা লৈবম্বা জঙ্গল মাংখ্রে। অহুবু খাইদগী ঙক্লিবদি মিৎকুপ্তা অমম্বা মাংখিহুনা অতিয়াদা মুমিৎ থোক্লি।

মচিন্স-মনাও অনিনা হল্লকপা লম্বীদা খন্নরকই, ম্নুংঙাইবা কুম্মৈ অমা তৌসি। ঐখোয় অনি শক-চু চপ নাম্নৈ, ইবানিম্নক নিংথৌগী ফিজেৎ শেংলি, অহুগা ইবানিমা চপ মান্নবা শাশিংস্নু লোয়নরি। অমনা অরাংগী ম্নথোংদা চংলসি, অমনা মখাগী ম্নথোঙদা মতম অমত্তদা চংলসি।

অপ্তম্না লেপ্পরগা মখোয় অনি কোম্নুং তম্না লাক্লে।

সোমদা হনুবা নিংথৌহু মচানুপীগা লোয়ননা রাজ-সভাদা ক্লম্লি। রাজকুমারীদি লৈবাক অসিগী রাণী ওইরবনি। মহাক্না মপুরোইবা হল্লকপা রানা ঙাইজরি। অসিগুম্বা মতম অসিদা অরাংগী ম্নথোঙগী থোঙঙাকপনা চংলক্লগা হায়ররে, "ইনিংথৌ লেংলক্লে।"

মতম অহুমক্তদা খা থংবা ম্নথোঙ ঙাকপনা চংলক্লগা হায়ররে, "ইনিংথৌ লেংলক্লে।"

অসি তাবদা সভাদা তীল্লিবা মী পূম্নমক চঙক্লখ্রে। ঙইথোক্তবা থৌওংসি তাবদা অহল ওইরবা নিংথৌনা হায়রকই,

"নখোয় অনি অমনা অরাংগী থোঙডাকপনি, অমনা মখাগী থোঙডাকপনি। মী অমবু খা-রাং মাইকৈ অনিদা পুংকম অমত্তদা লাকপা হৌনদে। নখোয় অনি শেংনা হায়য়ু, কনানা মীনম্বা ঙাংলিবনো? অচুম্বা রা হায়দোক্লুবদি নখোয় অনিমক শংলিংবগী মখুত্তা শিন্নগনি।"

অদুবু মতম অসিমক্তদা খা-রাং মাইকৈ অনিমক্তা মচিল-মনাও অনিদু চংলক্লে। মদু উবদা অহল ওইরবা নিংথৌ চঙকপ্রে, রাণী চঙক্লনা য়েংদুনা লৈপ্রে, সভাদা তৌল্লিবা মীয়ামস্তু মমিৎ কুপকনি খঙনখিদ্রে।

অহল ওইরবা নিংথৌ অদুদি য়াম্না শিংই, অদুনা চংলক্লিবা মখোয় অনি অদু কাইবোক ওইরমগনি হায়না খাজল্লে। অদুনা মচানুপীগী মমৌশিং য়েংনিংদুনা মহাক্না হায়রকই, "ইবেম্মা, নহাক্না হৌজিক করম্বনা নহাকী নপুরোইবা নিংথৌ মেরানো হায়বা শক তাকদবনি।"

অসি তাবদা রাণী খুদোংথীবদা তারে। অদুবু মমৈদা নোংশা অমগী মঙক্তা মণি পরেং শিরিবদু উক্লরে। মরম অদুনা মহাক্না মপুরোইববু মশক খঙবা ঙমদ্রে।

মতম অদুদা হরাও-নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা হরাও-কুম্মৈ তৌদুনা নুংঙাইবা ফোংদোকখি।

****

# লক্ষ্মী

থৃঙ্গং অমদা খৎনগনবী, রাজাও-ঙাংবী. মীগী মপোৎ-মরল মারোন্দা ছুরানবী লুখ্রাবী হন্নুবী অমা লৈরম্মী। ওইদবা রানা অচুম্বা শাদুনা ঙাংবদা মাগী মপা কনা লৈতে। লৈকাইগী মীনা মাবু কী-তুকচ্চনা স্নোয়নৈ। মহাক্কী মচান্নুপী অনি লৈ। মচান্নুপী অহলগী মমিং রাণী কৌই, মহাকস্তু মমাগুম্না মখুৎ শাংই, অদুগা খৎনবা য়াম্না পাম্মী। মচান্নুপী অতোপ্পী অদুগী মমিং লক্ষ্মী কৌই মহাক্তি অচুম্বা ঙাংবী, অচুম্বা চৎপী, মীনম্বা রা ঙাংবা য়াম্না কীজবী. পুকচেল তিংবী নুপীমচানি।

অদুবু লক্ষ্মীদি মমানা খ্বাইদগী য়াদবী ওইরম্মী। অদুগা রাণীদি মহাক্কা লোনচৎ-শাজৎ মান্নে হায়দুনা য়াম্না লুনা তৌবি, অদুগা লক্ষ্মীবু ইমুংগী থবক পুম্নমক নোমহল্লি। রাণীদি কম্বগা চাবগা ভৌদুনা নুংঙাইনা লৈ। লক্ষ্মী মখাগী অঙাং ওইরবস্তু থবক য়াম্না কৈ, মহাক তনবা হায়বদু মশক খঙদে। মহাক্কা চাক থোংই, রাইশিৎ-রাইশেংই, অদুগা নুমিৎ খুদিংগী অমুক ঙম্না ঈকুংকী ঈশিং শোকপা চৎলি। অদুবু নোংমগী

মহাক মমা অমদি মচেগী মীরা-মীশা তাদবা, অদুগা চৈ চাদবা লৈতে। অসুম্না মমা অমদি মচেনা ফনা ওৎ-নৈহ্নসু লক্ষ্মীনা নোংমত্তা রারোরুবা লৈতে।

নোংমা মহাক্না ঈশিং শোকপা ঈফুৎ য়োরকপদা হনুবী অমনা চৈশু শুহুনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "তারিব্রা ইবেম্মা, ঐঙোন্দা ঈশিং খিত্তা পীথকউ। খোরাংবনা চরম অসে গ্রক গ্রক কংলে।"

হনুবী অহু শাথীনা শেগায়রবা মঙ্গুনবা ফনেক শেংলি অমসুং ফি ঈল্লি। মখ্বাং শাথীনা কোল্লে, চৈশুগী মতেংনা য়াম্না রানা চংলি। মহাকপু উবদা লক্ষ্মীগী থম্মোয়দা মীনুংশি পোক্লক্লে। মহাক্না কোল অহু শেংনা ফেংদোক্তুনা নিংথিনা চামথোক্লগা ঈফুৎকী ঈশিং য়াব্রগা হনুবী অহুগী মনাক্তা পুশিল্লক্লে। অহুগা মহাক্না হায়রকই, "ইমা, ঈশিং হায়বহু লৈরে, থকপিরো।"

হনুবী অহুনা ঈশিং থক্লগা হায়রকই, "ঈশিং খোরাংবনা থব্রায় তংকদোরবা ঐবু নহাক্না নৌনা থব্রায় হাপ্পিরে। নহাক্তি মীনুংশি থঙবী নুপীমচানি। ঐ য়াম্না পেল্লে। ঐনা নঙোন্দা বর পীব্রগনি। নহাক্না রা হেক ঙাংবদা নহাক্কী নচিন্দগী মণিমুক্তা তারকপা ওইসনু।"

অহুগী মতুংদা লক্ষ্মী ময়ুমদা হল্লক্লে। মাবু উবমক্তদা মমা হনুবীনা খিগৎতুনা কাম্লগা হায়রকই, "হাই কতন,

ঈকাই-নাইদবী, ঈশিং পুল অমত্তং শোকপা চৎপদা পুং চাতরেং চংত্রা ? নঙগী নওং-নতৌ অসিনা ঐ লৈকাইসিদা মাই ফিরুক খুম্নবনিনে। অসুক থেংলবা অসি কাওবা চাক থোংগনি হায়বা কাওবিরবা জাৎনিদনা! হাই মীনাই নুপী, নঙ ঙসিদি চাক্কা অমত্তা পীজরোই। হায়য়ু, ঙসায়মখৈ কদায়দা লৈরুই, হঁা ?"

"ইমা, লাইরবী হনুবী অমনা—" লক্ষ্মীনা মসি হায়বমক্তদা মাগী মচিন্দগী মণিমুক্তা ওরো-রো হৈথরক্লে। মদু উবদা মমা হনুবী চঙরুখ্রে, মমিৎনা উরবদসু থাজদতুনা মখুৎ অনি চংতুনা মমিং নোইরকই ! হন্দক্তি মমানা লক্ষ্মীদা অমুক য়েং মণিমুক্তাদা অমুক য়েংতুনা হায়রকই, "এঃ! এঃ! এঃ!"

মতম অতুদা লক্ষ্মীনা লাইরবী হনুবী অতুগী ৱা পূম্নমক মমাগী মফমদা তম্লক্লে। মদু তারগা মমানা হায়রকই, "অঙইব্রনে ? অতুদি হনুবী অতু শোয়দনা লাইরেম্বী ওইরম্লগনি।"

নুমিৎ অতুদি মমানা লক্ষ্মীবু লুৱা-চান্না তৌবিরে। চাক থোংবনচিংবা থবক-ইথ্বাং পূম্নমক মমানা নোম্বিরে।

অহিংদা লক্ষ্মী তুমগ্রবা মতুংদা মমানা মচানুপী অহল রাণীবু মরুমদা পুশিল্লগা হায়রকই, "রাণী, হয়েংদি নহাক অমুক্তা ঈশিং শোকপা চৎলুচো। হনুবী অতুগা থৎন-চৈনরুবা য়াবা নত্তে, মহাক্না চৈ-থাংলরুবসু ভুমিন্না তাগদবনি।"

থংনবা মুমিৎকী অয়ুক নোংঙানবগা রাণী কোল মচা অমা পুত্থনা ঈফুৎ অত্থুদা ঈশিং শোকপা লাক্লে। মহাক্কি ঈশিং শোকপা য়াম্না তল্লি, অদুবু মণি-মুক্তা মীহৌবনা মহাক ঈশিং শোকপা লাক্লিবনি। মহাক্না ঈশিং শোক্কদবগী হেক তৌরকপমক্তদা হনুবী অদু চৈঙ শুত্থুনা মফম অত্থুদা লাক্লে।

মখুং কোল্লবী মোংতায়-চুদায়নবী হনুবী অত্থুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, ঈশিং খিত্তা থক্কে।"

রাণীনা মাগী মশক-মতৌ উবদা মাবু চাক্লি-ফিনিবীনি হায়না খনগ্রে। মহাক্না ঙাইরিবী হনুবী অত্থুদি লাইরেম্বীনি, অত্থুনা মাগী রাহু তাবদা রাণীনা শাওরংননা হায়রকই, "ঐগী ঈশিং অসিদি নঙগুম্বী চাক্লিবীনা থকপা য়াবা নত্তে। চৎখ্রো চৎলো।"

অসি তাবদা হনুবী অত্থুনা হায়রকই, "হাই নাপল চাওবী রাণী, নঙনা ঐবু ঈকাইবা পীবগী মতিক চাবা চৈরাক পীগনি। নঙনা রা হেক ঙাংবদা নচিন্দগী হঙোই তারকপা ওইরসনু।"

অসি হায়রম্লগা হনুবী অদু চংখ্রে।

রাণীসু শাওরং-মুরংননা ময়ুমদা হল্লক্লে।

মহাক্না থোঙজিম হেক কানশিল্লকপমক্তদা মমানা নৌকফেৎ তৌত্থুনা হংলকই, "কমদৌরক্লে, বর কংলক্লব্রা?"

থাপীনা ঙক্তোক্লুনা হায়রকই, "বরকা পেঙরে।"

মসি হায়বমক্তদা হঙোই ময়াম অমা মচিন্দগী কন কন থোক্লম্লক্লে।

মহু উবদা মমানা লময়াইদা মখোঙ শিং তিংথোক্লুনা কপ্লক্লে। অহুগা হায়রকই, নঙনা "হনুবী অহুদা কৈদৌরুরবগে লৈনা তম্মু।"

মচাঙুপীনা থৌদোক পুম্নমক মমাগী মফমদা তম্লে। মতম অহুদা মচিন্দগী তারকপা হঙোইনা য়ুম অম থনম্লে।

সোমদা লক্ষ্মীনা পুথ্রীদা ঈরুজরগা কাখৎলকপদা নিংথৌগী কিজেৎ শেংপা মুপা অমনা শগোল মথক্তা কয়গা মঙোন্না মুয়া য়েংহুনা লৈরম্লে। মশক-মতৌ ফজবা শকথঙদবা মুপা অহু উবদা লক্ষ্মী ঈকাইহুনা মরু লুকথহুনা চপ লেপতুনা লৈম্লে।

শগোল তোংবা নুপাহুনা হায়রকই, "শকহেনবী নঙবু কনানো?"

লক্ষ্মীনা পাউথুম পীনিংদবদি নত্তে, অহুবু রা ঙাংলুবদা মীগী মমাংদা মচিন্দগী মণি-মুক্তা তারকনি খল্লুবদা ঈকাইজহুনা রা ঙাংথোক্পা ঙমদ্রে। মতম অহুদা মুপাহুনা হায়রকই, "শকথঙদবা মীগী মমাংদা নশাগী নশক তাকথোকপা হঙোইর-মান্নে। ঐ লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। ঐনা নহাকপু হেক উরমক্তদা রাণী হাপকে হায়না লেপপ্রবনি। অহুনা ঐঙোন্না চিংনবা লৈতনা নশক-মমিং তাকউ।"

অসি ভাবদা লক্ষ্মীনা ঈকাইনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐদি লাইববী লুখ্রাবী মচানি, ইমিংনা লক্ষ্মী কৌই।"

অদুবু অঙকপনি মহাক্না রা ভাংবদা মচিন্দগী মণি-মুক্তা ভারক্লে। মসিগী মরমদি, মহাক্না ঈকাইজবদু উবদা লাইরেম্বী অদুনা মাণী মচিন্দগী মণি-মুক্তা ভাহমখিদবনি।

মতম অদুদা নিংথৌনা হায়রকই, "করিগুম্বা ঐনা হায়রিবসি য়ানিংলবদি হয়েং ঐ নখোয়গী য়ুমদা লাক্কে। নহাকী অয়েম্বা পুকচেল অমা হৌজিক খঙহল্লম্মু।"

ঈকাইখিবী লক্ষ্মীনা হায়রকই, "ইমিংথৌগী য়াথংবু মুজা ওইবীনা হিক্লোকপা ইতিক নচ্চদে। অদুবু লাইরবীনি হায়দুনা ইনিংথৌনা—।"

"হয়েং লাকনি, ঐ চৎলে।" হায়রম্লগা নিংথৌ শগোল খৌদুনা চৎখ্রে।

মুখিৎ অদুগী মুমিদাংদা লুখ্রাবী মমানা খল্লকই, ঐগী ইচানুপী রাণীবু অরাবা মংহল্লিবসি লক্ষ্মীনা লাইরেম্বী অদুদা হায়জিনবদগী ওইরমগনি। অদুনা মাবু তপ তানা ফুদংতুনা অকনবা চৈরাক পীগে।

মোংঙানবগা মমাগা রাণীগনা লক্ষ্মীবু কৌশিল্লগা ফুগদবগী ভৌরক্লে। খুদক অদুমক্তদা খঙহৌদনা অঙকপা কংনা মশক কজবী মুপী অমা চোংথোরক্লে, হায়রকই, "ঐ হনুবী অদুনি। লক্ষ্মীগী দোষ করিমত্তা লৈতে। রাণীনা মশাগী মরালগী মতিক চাবা চৈরাক ফংবনি। মখোয় নমা-নচানা মরাল লৈতবী লক্ষ্মীবু ওৎ-নৈগদবনু।"

অসি ভাবদা হন্নুবী মমানা মচান্নুপী রাণীগা লোয়ননা লাইরেম্বীদা খুরুম্নগা হায়রকই, "হে জগৎকী নমা ওইবী লাইরেম্বী, নচা ঐখোয়না লংজখিবা ইরাল খিবিক ঙাকপিয়। ঙসিদগী হৌনা ইচা অমিগী মরক্তা অচান-মীরাই নাইবা রাখল থাদোকচরে। অদুগা ঐখোয় ঙসিদগী হৌনা ফত্তবা থবক পূম্বা থাদোকচরবনি।"

নোককেং তৌদুনা লাইরেম্বীনা হায়রকই, "নখোয় নমা-নচাগী মরাল ঐনা ঙাকপিবা ঙমদে. অদুবু নখোয় নপুকচেল শেংনা লক্ষ্মীদা ঙাকপিয় হায়জৌ। মহাক্না ঙাকপিরবদি নখোয়গী য়াইফবা ওইগনি। মদু নত্রবদি নখোয় শিখিবা ফাওবা অরাবা নংবা ভাবনি।"

অসি তাবদা মশাগী লংজখিবা মরালগী নিংঙমদব মৈচাক্না থম্মোয় পুঙমদ্রবী মমা লুখ্রাবীনা মচান্নুপী লক্ষ্মীগী মখোঙ কোন্দুনা থম্মোয় শোক্না কপ্লক্লে। অদুগা মহাক্না হিক-হৈবা খোম্থাংদা হায়রকই. "ইমাগী ইবেম্মা, নঙবু ঐনা করিগুম্বা মুমিত্তম্ মুনা-চান্না তৌবিখিদে, মতম খুদিংমক্তা তাথি-তাওইনদা তৌখি। নঙ ঐগী ইচা ওইরবম্নু নঙবু য়েক্লবগুম থনখি। অদুনা ঐবু নঙনা ঙাকপিকম খোক্তবনি। অদুম ওইনমক অহল ওইরবী ঐগী ইরাল 'পূম্বা নহাক্না নত্তনা ঙাকপিনবা ঙম্বা কনা লৈত্রে।"

মতম অদুদা মপুকচেল তিংলবী লক্ষ্মীনা মমাবু হৌগংলদুনা মুংশিবা খোজেলদা হায়রকই, "ইমানা মচাগী খোঙ পায়রদুনা






মচা... শিলহনবিগনু। ঐনা ইমাখোয়গী রাঙাং-শাঙাংদা বক্রগা লিচৎ-শাজৎতা রাম্নৌখিবা করিমত্তা লৈতে। অদুগা ইচেদি অপঙবীমি, ইমানা হায়বা অদু অচুম্বনি খন্দুনা ঐবু থিবা খয়মখৈ তৌখিবদনি। অদুনা ইচেদা শাওনিংবা করিমত্তা লৈতে। ঈশ্বর থৌজালদগী ইচেগী অৱাবা কোকপা ওইরসনু।"

মসি তাবদা রাণীনা "ইচেগী ইবেম্মা" হায়দুনা চেনশিল্লক্তুনা মনাওম্নুপীবু কোন্দুনা কপ্পকই।

অদুবু অঙকপনি! হন্দক্তি মহাক্না রা ঙাংবদা মচিন্দগী হঙোই চোংখোরক্লে।

মতম অদুদা লাইরেম্বীনা হায়রকই, "লক্ষ্মী, ঙরাং পুত্রি মপান্দা উনখিবা নিংথৌ অদু হৌজিক মফমসিদা য়ৌরক্লগনি। মহাক্না নঙগা লুহোংনবগী রাকম হৌদোক্লগনি। মদুদা নঙনা য়ানিংদবা তৌরোইদবনি।"

অসি হায়রম্লগা লাইরেম্বী অদু খঙহৌদনা শৎ মাংখ্রে।

তাপা অদুমক্তদা নিংথৌদু মীমাই-মীশলশিংগা লোয়নবা লাক্তুনা মখোয়গী য়ুমদা থুংলে।

লাইরেম্বীগী পাউতাক মতুং ইন্না মমা-মচা মখোয় অছম্বা নিংথৌদুবু তরাম্না ওকই।

অদুগী মতুংদা নিংথৌনা লক্ষ্মীবু লুহোংদুনা রাণী হাপখি।

—: লোইরবা :—